# লায়না চেল্লবা খুন্নাই

আই এস কাঙজম



রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

**LAINA CHELLABA KHUNNAI**
*(A collection of eightyfive Manipuri small stories)*
By - I.S. Kangjam
Price - Rs. 50/-





ফোঙবা : কাঙজম এন্তরপ্রাইজেজগী
শ্রীমতী ইবেমু দেবীনা
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগীদমক ।

অহানবা খুৎনম : আগষ্ট, ২০০৩
মশীং : ১০০০
ফংফম থোকপা : অইবা/ অফোঙবী

মমল : লুপা য়াঙ্খে

নম্ফম : বীর কম্প্যুটর প্রিন্টিং ব্রাঞ্চ, লম্ফেল ।

খুম্নাইঁসিবু
লায়না চেলথল্লিবা
মখোয়দুদা ।

অয়াম্বা ৱারী পিকত্রশিং
মাওজৌননা অপাবশিংদা লান্থোকপিখ্রবা
"পোক্লফম"
অমদি
অতৈ চেফোঙশিংগী
মরী নৈনবশিংগী
মফমদা
তৌবিমন খণ্ডবা
উৎচরি ।

# ঐগী ৱাকৎ

ইবগী অমদি ইনীংবগী শায়না অমা চেল্লবনিনা হেক্তা ইনীংশকই। ইননবা মচাকসু ৱাতে। ইননবা মচাক মিংমাঙদা ফন-ফন চোংথোরকই। উরোই খল্লি, য়াদে। তারোই নীংথি, য়াদে। তত্তনা উইল্লি, তাইল্লি। উরু-তারুরগা পুক্লীংসি শাঙতক্লে। খোয়শাউনি। ইথোক্লগা ফগদ্রা খল্লি। থোইনদুম হেশহল্লি। ইশানা ইথোকখিবশিং ইমাঙদা পুল্লপ উরগা হেন্নদুম নীংবা কায়। ঐ ইশানা শৈরিবা খুন্নাই অসি য়েংবদা ওন্থোক্লা মিং নাখে। মনমসু শাথীনা নমথীরমগে। শায়েংবদা ৱারগদবা শায়না অমা চেল্লম্লে। শাথীরবা শায়না চেল্লবা খুন্নাই অমা ওইরম্লে।

ঐ ডাক্তর নত্তে, সোসিয়েল ৱার্কর অমসু নত্তে। ঐদি শায়না চেল্লবা খুন্নাই অসিদা তুশোন্না হিংলিবা জীব অমখক্নি। ঐনবু করি তৌবা ঙমগনি। ঐনা উরুবা, তারুবা নুংঙাইতবশিং অদু অসুম ফুমজিন্দুনা থম্বা হৈনদবদগী ফোঙদোরকপনি। হীদাক থাবা নত্তে, ইনজেকশন কাপ্পা নত্তে। শায়না চেল্লে হায়বদুখক ফোঙদোকপদনি।

শায়নাগী চপচাবা শায়ওং তাকফম খঙদে। শমদমসিগী নুংঙিগী ফোঙবা পাউজেন-চে ‘পোক্লফম’ দা অমদি মতম নাইনা ফোঙবা চেফোঙ খরদা মতম-মতমগী ওইনা ফোঙদোকচখিবদু পুল্লপ খোমজিল্লগা পুথোকচবনি। মীয়াম হুপ্পা শায়ওং খঙব্রা য়েংমিন্নসি, খন্নমিন্নসি, খঙনবা হোৎনমিন্নসি।

ইম্ফাল,

৯ জুলাই, ২০০৩

আই এস কাঙজম

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল কুমজা ১৯৮৮ দা লিংখৎখি। ঙসিদি মণিপুরদা লৈবা, সাহিত্য অকাদেমীনা শকখঙলবা সংস্থান মঙাগী মনুংদা অমা ওইরে। লূপ অসিবু লিংখৎপা মতমদা ওইরম্বা ফীবমদি শম্না হায়রবদা য়াম্না অৱাবা মায়োকনরিঙৈ তাঙ্গাদনি। মতম অদুদা অইবশিংনা মশাগী খুৎই লাইরিক ফোঙদোকপা ঙমদবগী অৱাবা অসি তত্তনা মায়োকনরম্মী। অদুবু ফোরম অসিগী থৌশিলনা মরম ওইদুনা মদুগী অৱাবা অদু খরগী মখৈদি শাফরক্লে। থা অহুম খুদীংগী লাইরিক ফোঙবা ঙমহনবতা নত্তনা অইবশিংগী অমদি মশাগী মেম্বরশিংগী অৱা-অনাদসু মতেং পাংবা ঙমলকলে। মসিগীসু মথক্তা সেমিনার, ৱার্কশোপ, অইবশিং তিন্নবা, খন্ন-নৈনবা অসিগুম্বা থবক কয়াসু পাঙথোরকলি। অইবশিংনা ঈংনা - চীক্না লাইরিক ইবা ঙমনবা, অতাবা মমলদা লৈফম-চাফম ফংহন্নবা থৌরাংগী মখাদা অইবশিংগী মশাইগোন শাগৎনবগী থৌরাং কন্না লৌখৎচরি। অদুগা হৌজিক্কী ওইনা ময়ামগীসু অদুগা মণিপুরী সাহিত্যগী চাওখৎপদসু অঙম্বা মতেং ওইনবগীদমক ট্রান্সলেশন সেল (হন্দোকপগী থৌপুলূপ) অমা ফোরম অসিনা হাংদোকনবা থৌরাং তৌজরে। ইংলিশ, হিন্দী, বাংলা অসিনচিংবা লোনশিংদা মখল-মখা অয়াম্বা খুৎইশিং হন্দোকপগী থবক থৌপুলূপ অসিনা পাঙথোক্কনি।

মণিপুরদা চেফোঙ পুথোকপা অরায়বা থবক নত্তে। শেন্থুমগী ফীবম শোর্কচিল্লকপা, লোন অমসুং সাহিত্যবু মীরায়বগুম তৌরকপগী হোংলকলিবা খোঙথাং মরক অসিদা মীয়াম্না নুংশিবিবদগী রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালনা থা অহুম খুদীংগী পুথোকচবা 'সাহিত্যগী পাউ' অসি হৌজিকসু লেপত্রি। হেন্না ফগৎহন্নবগীদমক মীয়ামগী পূক্নিং তাকপীরকনবা হায়জরী।

লাইরিক পুথোকপগী থবক অসি লেপ্তুনা চত্থরকপগী মতুংইন্না হৌজিক ফাওবদা ফোরম্না পুথোকচবা লাইরিক্কী মশীং ৭২ শুখরে। হন্দক পুথোকচরিবা দা.আই.এস কাঙ্জমনা ইবা 'লায়না চেল্লবা খুন্নাই' কৌবা ৱারীমচাগী লাইরিক অসিনা ফোরমগী ৭৩ শুবা লাইরিক ওইরে। দা. কাঙ্জম কবি, সমালোচক, ৱারীমচা ইবা অমদি হন্দোকলোয় অমনি মপূংদা। হৌজিক ফাওবদা মশাগী লাইরিক কুপ্পামুক ফোঙগ্রবা অইবা অসিগী খ্বাইদগী নৌবা খুদোল অসিবু পাবিনিবা খ্বাই পূম্নমক্কী মফমদা নৌম্লুক্না লাম্থোকচরি।

আইবম লোকপচীংমাঙ
২৮ অগষ্ট ২০০৩

**বি এস ৱাজকুমার**
*সেক্রেটরী*
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল।

# কদায়দা করি ?

২০০০

# উইল

অহিং অথেঙবা ইমুং-মনুংগী মী পূম্নমক্না তূম্নখ্রবা মতুংদা মতোমতা তুমিন হৌগৎলগা নীপা অমনা করিগুম্বা খরা ইরি। মী খঙহন্নীংদবগী মতৌসু মাল্লি। ফমুংদা কাঙখন মনুংদা তূন্নিবী মহাক্কী নুপীরোমদসু ফল্লপ-ফল্লপ য়েংঙি। ইবা লোইরগা ফজনা থুপচিল্লগা চেখাউ অমদা হাপচিল্লি। চেখাউ অদু য়াম্না চেকশিন্না উপু মনুংদা থমজিল্লি।

মহাক্না তৌরিবদু কাঙখন মনুংদগী মাগী নুপীনা উই। মহাক্কী খঙহন্নীংদবা মতৌদুদা খঙদবা শারগা তূমশিন্নদুনা লৈ। নোং ঙাল্লগা নীপাদুনা থবক চথোকখ্রিঙৈ মতমদা নুপীদুনা চেখাউদু কোয়থি থি। থেংনৈ। চেখাউ মথক্তুদা থারম্মি —

"ইথরায়না পামজদবা"

মখাদা ব্রেকেৎ কোনশিল্লগা ইরম্মি —

"ঐনা হেক শিবগা ফাক্তোক্তুনা পাগদবা"

ইরম্মিবদু উবদা নুপীদু মপুক্লীংদা চিংনৈ। মনুংদা করি ইরিবনো হায়বদু খঙনীংবা পোকই। ব্রা থোক্লগা থোক, লান থোক্লগা থোক, থোক্লীংবা থোক্লসনু খন্দুনা খঙনীংবদুদি খঙলগে খন্না চেখাউদু হাংদোক্তুনা য়েংঙি। ইরম্মি —

"পুন্সিসি তম্বা ঙমদে। মতমসিনা করম্বা মীশিদা শিগদগে হায়বসু খঙবা ঙমদে। করিগুম্বা মীয়াম্না পেন্দবা খুৎশিদা ঐনা শিবা থোক্লবা, ঐনা থম্মোই শেংনা অসিমতংদি ইরমদম অসিগী মীয়ামদা খুৎ লোন্নদুনা হায়জরি — ঐ শিবগীদমক 'বন্দ' দদি কৌবিরক্কনু।

ইম্ফাল

২/১/২০০০

# খঙজিনজরে

"খুরাবু, নচানা ভক্তি কৎচরি।"

অহন্দুগী মমাঙদা শাংদ্রোং শাংনা তুই। অহন্দু ঙকচানৈ, হংলকই —

"ইবুংঙো, নঙনা য়াম্না থাজদনা লাকথোক্তনা লাকপবু করি থবক্কীনো ? নঙনা ইমাঙদা তুররিবনা করিগী ?"

"খুরা, নচা ভোৎ লেপচরিয়ে। খুরাখোয় ময়াম্না নচাবু নুংশিবিয়ু হায়দুনা হায়জবা লাকচবনি।"

মহাক্কী ৱাদু তাবদা অহন্না খুদক্তা খুন্নকই —

"ইবুংঙো নঙবু, অরোনবা-অফোংবা হেক ঙমজবীদা তৌবা য়াবা তৌদুনা তানবা য়াবা শেন তাল্লে। খরা পেন্থোকপা তস্মোদা।"

"খুরা, নচানা তানজরুবা শেনশিংদো খরা ময়ামদা য়েন্থোকচগে তৌবনি। খুরাখোয় ময়াম্না নুংশিবিদুনা লৈবাক্কী থৌদাং ঐঙোন্দা শিন্নবিয়ু।"

"নঙগীসিবু তশেংনা লৈবাক্কী সেবা তৌনীংবগীরা ? নৎত্রগা শক্তি পাম্বগীরা ? নথম্মোই শেংনা অচুম্বদু খুমদ্রবদি ঐদি ভোৎ পীদবদা নত্তনা ভোৎসু খোমদোক্কনিকো।"

মহাক অহন্দুগী তৌবা-ঙম্বা মুন্না খঙডি, অদুনা মখোঙ কোন্দুনা হায় —

"মাঙঙে-মাঙঙে অদুদি খুরা ! নচানা থম্মোই শেংনা হায়জরি, শক্তি পায়বা পামজদুনা ভোৎ লেপচবনি।"

"ফৈ-ফৈ। ঐঙোন্দদি ঐবু কিবদগী নথম্মোইদু শেংনা অশেংবদু হায়রি। খুরা ৱা অমদি হায়গে, নঙনা চৎকে খল্লিবা লম্বীদুদা চৎপা তারবদি থম্মোই শেংবা, অচুম্বা ঙাঙবদি য়াদবনিকো। মসিমদি নঙ কাউগনু।"

"খুরাগী পাউতাক খঙজিনজরে, পুন্সি চুপ্পা কাউজরোই।"

অমুক্তসু শাংদ্রোং শাংনা তুই অহন্দুগী মমাঙদা।

ইম্ফাল

১৪/১/২০০০

# অনৌবা ব্রাখল্লোন

তুরেন ময়াগী লম্পাক মচাদুদা পুংকক চাউরবা নীপামচা অনীদু ফনা কুইরে মরৈ য়েৎনরিবা। মমায় ঙাংবমখৈ য়েৎনৈ, শাউনৈ। খোম্থী-খোনচোপ শীজিন্নদুনা অমনা অমবু চৈ। অমনা অমদা থক ঈল্লি, মখুৎ-মশা পায়নৈ। মমৈথংদা থরো-থরো ওন্দুনা নম্লরকই; দুপ-দা, পোপ-পাক তৌদুনা ফূনরকই। নাতোন্দা থোম্বদা অমদি নাহী তাই। ফিবম অদু য়ৌরক্লবদুদা ঙসাইদগী খরা থাপ্লপ লেপ্লগা মখোয় অনীগী মতৌদু য়েংদুনা লৈরম্বা অহন অমা মখোয় অনীগী মনাক্তা চঙশিল্লকই, অদুগা খৎনবদু খামদোক্লদুনা তিন্নবা মরুপ-মপাং ওইরগা খৎনৈ-চৈনৈ, ফূনৈ হায়দুনা চৈরকই। অহন্দুনা চৈবদুদা নীপামচা অনীদুনা চপ মান্ননা খুল্লকই —

"খুরাবু ঐখোয় অনী মরুপ-মপাং ওইবগী ভাবতা অদুক ফূনজবনি। মসি ফ্রেন্দলী ক্বারেল, ফ্রেন্দলী ফাইটিংনি।"

"করিনো ইবুংঙো, খৎনবা-ফূনববু মরুপ-মপাং ওইবগী ভাবতা হায়রিবসিবু ? খুরাদি ভাবপু অমতা তাদ্রেনে।"

নীপামচা অমনা হায়রকই -

"খুরানা ভাব তারোই। মসি মতম অসিগী অনৌবা ব্রাখল্লোন্নি। ভোৎ লেপ্পদা ফ্রেন্দলী কন্তেক্ট তৌনবগুম ঐখোয়সু তঙাইফদনা ফ্রেন্দলী ফাইটিং তৌদবা য়াদদুনা তৌবনি।"

নীপামচা অনীদু ফূনবা তোক্তুনা মখুৎ-মখুৎ শম্নরগা চৎখ্রে। অহন অদুদি চপ লেপ্লগা ঙকচাননা ব্রাখন খন্দুনা লৈহৌরি।

ইম্ফাল

২১/১/২০০০

# ঈন থাবা

রাজনীতি-দল অয়াম্বগী মাগী-মাগী মীরেপ-মমিং লাউথোক্লদুনা মীরেপ-চে পীখৎনবসু ফনা য়াম্না য়াওনরে। মীরেপ খরদি ভোৎ য়াম্না কন্না খোম্বসু হৌনরে। দল অমখক্কীদি হৌজিক ফাওবা মীরেপ-মমিং লাউথোক্ত্রি। দলগী প্রসিদেন্ট থোইনা তহা-তহানা উদে। মীরেপ ওইনীংবশিংনা লাংঙিবা-চোংঙিবদুদা মপুক্লীং ইচঙ চঙদবগুম উই। মহাক্কী মতৌদুদা দলগী কর্মিশিং মপুক্লীং ইরাঙ লাঙঙি, খোয়রাঙ-খোয়শাউনৈ। মহাক্কী ৱাহৈ অমনা মখোয়গী অপাম্বা মথক-মখা ওনখিবা য়ারিবনি। ময়াম্না মুশুক-মুশুক ঙাওনবা তাবা অমদি পেন্দবগী ৱা কয়া মঙোন্দা নাকোইননা য়ৌরকপদগী প্রসিদেন্টকী নুপীনা মীরেপ-চে লাউথোকপগী ৱাফম অসি মহাক্কী নীপাদা হৌদোক্লুই। মদুদা প্রসিদেন্টনা হায়রকই -

"দল পুম্নমক্কী মীরেপ-মমিং লাউথোকপা পূন্নোই লোইখিসনু। মাগী-মাগী দলগী তিকেৎ ফংদবশিংদো ঐগী দলসিদা মথং-মথং চঙলকখিগনি। মশা ঙাক্তা চঙলক্কদবা নত্তে; মা-মাগী ৱার্কর ময়ামগা লোয়ননা তিকেৎপু ফংলবদি হায়দুনা অচৌবা শেনফম অমমম ঐঙোন্দা কৎশিল্লগদৌরিবনি। ঐ মদু ঙাইরিবনি।"

মহাক্কী নীপাগী ৱাদু তারবা মতুংদা নুপীনা মুক মখা তানা হংলকই —

"ঐখোয়গী হান্নগী চেনজ-চোংজদুনা ৱাজরক্লবা মীরেপ ওইগে হায়রিবশিং অসিদি কমদৌবা ?"

প্রসিদেন্টনা থৌশা-ৱাশাদনা খুন্নকই —

"মখোয়বু ভোৎ কাববু ঙমজগনি হায়বরনে ?"

"মখোয় মাগী-মাগী ৱার্করশিংদুগা দল অসি থাদোক্কুনা চৎখ্রবদি ?"

"মখোয়না চৎখ্রবসু ঐ ইশাগী ওইনদি মাঙদেদনা !"

প্রসিদেন্টকী নুপী ৱা মখা তারক্তে।

ইম্ফাল

২৯/১/২০০০

# ফাথবা ঙমহৌদবা

ক্লব মনুংদা অচৌবা ৱাথোক অমা ওইরে। মেম্বর অমনা ক্লবকী টী. ভী. থুগায়রুবগী ৱাথোক্লি। মেম্বর অয়াম্বনা টী. ভী. থুগায়রুরিবা মেম্বর অদুনা মহাক মরান লৈরে হায়না মশানা য়াজবগা লোয়ননা টী. ভী. অমা শিংলগে হায়জৈ। অতৈ মেম্বরশিংনা মশা মরান লৈরে হায়না য়াজরগা হেক্তা য়াদে; টী. ভী. থুগায়বগী মরম হায়য়ু হায়না তকখৎলকই। ময়াম্না তকখৎলকপদগী মেম্বর অদুনা হায়রকই—

"ক্লব অসিগী ইকাইখুম্নজরিবা মেম্বর মরুপ-মপাং পুম্নমক ! ঐনা টী. ভী. থুগায়রুবসি থুগায়গে হায়না থুগায়খিবা নত্তে। খঙহৌদনা ইশাদা ফাওরকপা খাঙবা ঙমদবা অমদগী ফাথবা ঙমহৌদদুনা টী. ভী. দা তাইনখিবনি। রাজনীতি দল কয়াগী মীওইশিংনা টী. ভী. দা মীখনগা মরী লৈননা ৱা ঙাঙবদু ঐসু নুংঙাইনা য়েংজরম্বনি। নৌনা লিংখৎপা রাজনীতি দল অমগী লুচিংবা অমা ওইনা মমাঙদা দল কয়াদা কোয়চোং চোংনা য়াওরগা মিনিষ্টর কয়ারক ওইরম্লবা, চিফ মিনিষ্টর ফাওবা ওইরম্লবা নেতা অমনা মশামক্কী হান্নগী সরকারনা তৌরমদবা কয়া মহাক্কী অনৌবা দল অসিনা সরকার পায়রবদি লৈবাক অসিগী অদু তৌগনি, অদা তৌগনি হায়দুনা ওইদবা, তৌসু তৌরোইদবা ৱাশক কয়া শক্তুনা মীয়াম-প্রজাবু করিসু খঙদবনি, অপঙবনি হায়বগী মওংদা পঙ্ঙাঙ ঙাঙবদু উরুবদা অশাউবনা লাকহৎখিদুনা ইশাসি ফাথবা ঙমহৌদনা মঙোন্দা ফূরিবনি হায়দুনা টী. ভী. গী স্ক্রিন্দা কিন্না থিল্লুবনি। ... ..."

মরান লৈরবা মেম্বরগী ৱা ঙাঙবা লোইদ্রি। মহাক্কী ৱা তাবদা মেম্বর খরনা মুরুম-মুরুম ঙাঙনরকই —

"শাউবগীদি মরম চায়। ঐখোয় ওইরসু তৌনি। নেতা শাবশিং অসিনা মীচম প্রজাশিংবু অপঙবনি, করিসু খঙঙোই খন্দুনা মতম-মতমগী ওইদবা কয়া পঙ্ঙাঙ্দা ঙাঙ্বসি তোকখিনবা করিনো খরদি তৌদুনা খঙহনবা ফরবনি।"

খঙহনগদৌরিবদো করিনো, কমদৌননো হায়বদুদি কনামতনসু ফোঙদোরক্তে। মপুক্লীং-মপুক্লীংদদি অমা শোয়দনা লৈরমগনি।

ইম্ফাল

১৫/২/২০০০

# ধোজো

অহিং নোংয়ায়দুদা মখারোমগী যূম্লোন অহুম-মরি কাল্লগা লৈবা ইমুংদা মী ৱা-ৱা কপ্পরকপদুদা ধোজো মিৎকপ খংথোক থোকই। ফমুংদগী কূমথবা নংদে, খংচোং চোংথৈ। তন্দনা মফি হোংলগা চেনচং চৎলি। অহন্দু শুমাঙমক্তি য়ৌরমদ্রি।

অহন অদু অনাবা হেনজিল্লে তাবদগী মহাক তানজা ঙাইদুনা লৈরকপনি। অহন্দুগী থৱায় য়াওদ্রবা হকচাংদু পুথোকপদা মহাক্না হৈজবা খরদু ওন্থোক্না থৱায় য়াওনা শকচৈ।

দশাহনগী লাইরিক মহাক নোংমতা চিংখদে। মহাক্না তমজরুবা মহৈদু হন্দক মফম চানা শীজিন্নবা ফংবদা হায়ফম খঙদনা হরাউজে। আশা অমসু তৌজে — হন্দক্কীসিদা মহাক মপুন্সিগী অহানবা ওইনা পালা য়াওবা ফংজরনি।

অস্থি-সঞ্চয়দা অফাওবা ওজাশিংনা থারকপা সেবকশিংনা ঈশৈ ফজনা শকখি। নুমিত্তুদগী ধোজোদি লৈখিদ্রবদুগী ইমুংদুদা চৎপা লেপখ্রে। নুংতিগী দশাহনগী লাইরিক তাবা য়াওবা অহন অমনা লম্বীদা থেংনবদা মঙোন্দা হংঙি —

"ইবুংঙো ধোজো, হকচাং ঙমদ্রব্রা? ঙসি নোংমা নীনিসিদি য়ৌরক্রেনা।"

ধোজো শাউরংননা খুল্লকই —

"তাধন, ঐ লাক্লরোই। হৌন খঙদবা, তৌবিমন খঙদবা ইমুংদুদা ঐ চঙলক্লরোই। ঐ মখোয়গী শোরাৎকা য়াওররোই।"

পাউখুমদু তাবদা অহন্দু ঙহাক্তি ঙকচানৈ। কোন্থংদা জ্ঞান তারক্লমানে, মচীনবান্দু খজিক্তং কাঙলগা মখোন্দি থোকহন্দনা মোমোন তৌই।

কানচিপুর

২৩/২/২০০০

# চাকখাউদা চৈথেং

উকিলশিং মথক্লায় ক্লারদুনা পুল্লপ-পুল্লপ চুংশিন্নে। চুংশিন্নদবসু য়াদবনি। মখোয়গী শিনফমগা মরী লৈনবা ক্লাফম্নি। শিনফমদা শোক্লকপা হায়বসি মখোয়গী শেন্দান-লম্বীদা শোকপনি। শেন্দান-লম্বীদা শোকপা হায়বসি চাকখাউদা চৈথেং পীরকপনি।

অরুবা ক্লাফম ওইব্নিনা বার এসোসিএশন্দা পুথোক্তুনা খন্নে। মা-মাগী ওইবা মোৎ ফোঙদোক্লে। মোৎ ফোঙদোকনবসিদা চপ মান্নরিবা ক্লাফমদি — মখোয়গী শিনফমসিদা মখোয়দা পীরিবা অধিকার অসি অতোপ্পনা মুনখিবগী মিপাইবা পোকপা ক্লাফমসিনি।

খনবমখৈ খন্নরগা ক্লারেপ লৌই। অহানবা ওইনা মখোয়গী মায়কৈদগী আপিল অমা থোরকই —

"উকিল এখোয়গী শিনফমসি খৎন-চৈনবা, মীহাৎ-মীপুন অমদি আইন্না য়াদবা থবক তৌবদা অচুম-অরান থিদুনা পুথোকপা, য়ানদবা অনী য়ানহন্নবা অমদি তাইশিন্ননবা হোৎনবা অমসুং আইনগী ওইবা থবক কয়াদা মতেং পাংবনি। মসি আইন্না ঐখোয়দা পীবা ঐখোয়গী অধিকারনি। অদুবু হন্দক-মরক ইমা-ইবেনশিং অমদি ইচিন-ইনাউশিং খরনা মখোয়গী থাক্তা অচুম-অরানগী ক্লায়েন চৎথদুনা ঐখোয়গী ইথৌবু মখোয়না পায়শিল্লকপসি আইনগী মিৎয়েংদা য়াম্না কায় অমদি ঐখোয়গী অধিকারবু মৎপনি। মসিনা মমৈথংদা উকিল ঐখোয়গী হিংনবা লম্বীদসু অকায়বা পীরক্কনি। অদুনা ঐখোয়না আইনগী মতেং লৌজদ্রিঙৈদা থাংজিল্লক্লিবা খোঙথাং অসি হন্দোক্লবা আপিল তৌজরি।"

ইম্ফাল

২৭/২/২০০০

# লাৎচরিবা লাই

মীখন্দা অমুক্তং কাজদুনা এম.এল.এ হায়বদু ওইবা হায়বসি মহাক্কী অচেৎপা লাইনিং ওইরকপা চহী য়াম্লবনি। কয়ারক হন্না ভোট লেপখ্রে। শুকা কাদে। ভোট কাননবা হায়দুনা মহাক্না খুরম্লিবা লাইগী জাৎসি মখন শুরে। অদুবু লাইশিংদুনা থৌজান ইপী-পীদবনা ওইবা তাই মহাক্না ভোট কাবা ঙমদ্রিবসি। মমৈথংদা মহাক লাই পূম্নমক্কী য়েক্লবা ওইরকই। খোনচোপ-ব্রাহে শীজিন্নদুনা লাইবু চৈ। মহাক্কী নুপীনা অয়ূক-নুমিদাং ধুপ-থাউমৈ কৎচবদুফাও তৌহনখিদ্রে।

ইথা থাজদনা হন্দক্তি মহাক মীখন্দা মায় পাক্লুনা এম.এল.এ হায়বদু ওইরে। ভোট হেক কাবদগীদি নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক ঙন্তা ঈরুজথোক্লগা চন্দোন-চৱাকা লংত্রিক লংনা থিনজিল্লগা ফিশেং শেত্তুনা মহাক্কী কাদা থোঙ লোনশিল্লগা লাই নীংবা হৌখ্রে। করি লাইনো হায়বদুদি মহাক্কী নুপীদফাও খঙহন্দে। করি মন্ত্রনোসু খঙদে, নুংতিগী মরোন্দি শেংফাত্তনা পৃংখায়মুক্তি মুরুম মুরুম শোনবসু তায়। মহাক্কী মতৌসিদা মহাক্কী নুপীসু ঙকপনা খম থেংলে। হংলুরবসু পাউখুম পীরক্তে।

নোংমদি মহাক্না চখোখ্রিঙৈদা মহাক্কী নুপীনিনা মহাকনা নীংলিবা লাইদু করি লাইনো খঙনীংমনখ্রদুনা কাদা চঙলগা য়েংলুরে। তেবল মথকতা থম্বা উনা শাবা লাইশঙ মচা অমদা ফি অঙাংবা অমনা য়োমশিন্দুনা য়াম্না চেকশিন্না থম্লম্মি। ফি অঙাংবদু হাইদোক্লুবদা মহাক্কী কেন্দ্রদুগী ভোটর-লিষ্ট য়াওরম্মি। মদুগা লোয়ননা শিন্দুর তৈবা লুপা চামা চপ্লীগী নোৎ অমা পিক্লা থুপচিনবা চে মচেৎ অমগা কেন্দ্রদুগী পোল্লিং ষ্টেশনশিংগী মমিংগা লোয়ননা পোল্লিং ষ্টেশন খুদিংমক্লুগী মকোক ইথং থংবা ভোটরগী মমিং য়াওরম্মি।

পূম্নমক্তু উরুবগা মহাক্কী নুপী জ্ঞান খংতা তাই। মহাক্কী নীপানা লাৎচরিবা লাইগী লাইশক খঙবদা নুপীদু মোমোন নোকচৈ।

কানচিপুর
৭/৩/২০০০

# ৱাশকপদা

“পাউং-পাউং! ঐ ৱা’মা হায়গে, চৈরক্কনুকো।”

মরৈ ইথা থারদুনা মচানুপী অতোনবীদুনাহায়রকপনি।

“ইবেম্মা, ঙসিদি পাবুং কোক য়াম্না শারি। ইচাগী ৱাদো হয়েং তারগে।”

“করিনো, ইচানা ৱা অমতং হায়গে হায়ববু হয়েং অমুক হায়রিদুবো? মায় পাবুংহোয়না কোক শাদবা নুমিৎপু লৈরিব্রো?” মহাক্কী নুপীনা খোন খরা কল্লপ হায়রকপনি।

“ওন্থোকপনিদকো, য়ূমদা হল্লক্লগা খরা ফবরা হায়ববু ...; হায়রো-হায়রো, ইপাগী তোন্দোনবী, পাবুং কৈসু চৈরোইদা।”

"অদুবুরো পাউং, নখোয় নহান মন্ত্রী ময়াম ব্রাশকপদো....."

"ব্রাশকপদুদা কৈদৌরবা?"

"ঐ য়াম্না ইকাইজেদা। মীনা য়াম্না থীনা ঙাঙনৈ। ইমান্নবশিংনসু লঙনরকই।"

"হন্না-হন্না কয়ারক ভোট কারবা ফাওবদা চিফ মিনিষ্টর ওইবা ফংদে হায়বগীরাও?

"অদুই নত্তে, ব্রাশকপদা ইংলিস মরোন শেংনা ঙাঙদবৈ...."

"হোয়নে, মন্ত্রী খরদি মরোন লৌফম খঙদে, শুরু-শুরু হেক নৈশিল্লি। মায়-পাবুংসুনিকো!"

মহাক্কী নুপীনা মচানুপীগী ব্রাদা ব্রাপাংলকই। মন্ত্রী মহাশয় ইশি শিনা নোকই, হায়রকই —

"মদুদি থৌওইনা তৌরিবনি। ব্রাশকপদা উচ্চারন শেংনা হায়বা য়াবা নত্তে।"

"করিগীনো থৌওইনা তৌরিনি হায়রিসিবু? মীগী মমাঙদা ইকাইগেদি হায়দ্রদুনা....."

"ইকাইবা খঙলবদি রাজনীতিদা করম্না মায় পাক্কনি? ব্রাশক্লিবসে ঈশ্বর পন্দুনা ব্রাশক্লিবনি। ময়েক শেংনা অর্থ থোক্লা ব্রাশক্লবদি থবক অমতসু তৌবা ঙম্লরোই। ওইদবা অরানবা থবক অমতসু তৌবা ঙম্লরোই। অরানববু তৌদ্রবা রাজনীতি তুং কোইবা য়াদে। অদুননি থৌওইনা খোস্থোক লান্না ব্রাশক্লিবা! খোস্থোক লাল্লবদি অর্থ থোক্লে। অর্থ থোক্লবদি অরানবা তৌবদা দোষ লৈত্রে; ঈশ্বরনসু করিসু হায়ররোই। ...... পাবুংগী তোন্দোনবী! মীনা থীনা ঙাঙনবদো তাশিন্নরুনু। মীনা ঙাঙনববু তারবদি পাবুংখোয়না তৌরিবসি অমতা তৌবা ঙম্মোই। .... অপান্না পোর্ফোলিও ফংদবগী পাবুং মাথা শাই, ব্রা মখা তারল্লনুকো ইচা তোম্বী!"

মন্ত্রী মহাশয় চৌকিদা মমায় লোংনা ফম্লগা মমিৎ উইশিল্লি।

ইম্ফাল

১৮/৩ /২০০০

# য়াউশঙগী থাবন্দা

য়াউশঙ জাতি অসিগী চাউথোকচনীংঙাই ওইবা কুমহৈ মখন অমনি। কুমহৈ অসিদা শরুক য়ানীংদবা মীশক অদুদি অঙাওবনি হায়বফাও য়াই। থাবন চোংবা য়াওশঙগী থাদোক্লবা য়াদবা জগোই অমনি। মীওই খরনদি ছাত্র-ছাত্রীশিংগী পরীক্ষা ময়ানি থাবন চোংগনু হায়না থিংঙি। নুপীজা ওইবীশিংনা কুম অমগী অমুক্তমক লাকপা কুমহৈনি, থাবন চোংবা য়াহনবিয়ু হায়না খবরগী থোঙদা হায়জদুনা থাবন চোংঙি। থিংলম্বা কাঙবু তুমিন লৈ। মখোয়সু অদুম য়াওশিল্লি থাবন চোংবদা।

জাতি অমগীদমক লৈরিবা সরকারনিনা সরকারসু য়াউশঙ য়াওই। থাবন চোংঙি। অখন্ননা শীনবা থাবন্নি। মৈ ফজনা থাল্লি। অখন্নবা বেন্দ-পার্টিনা খোংঙি। য়াইতোং-খমদোংবা, অঙম-অথৌ, চাউবদগী চাউবা চাউথোইদগীনা পিকক্র ফাওবা থাবন চোংবা য়াওই ।

থাবন চোংবা ৱারবা মতমদা তপ্না-তপ্না তান্থা নাইনা চৎলিবা লৈশা- পাখংশিংনা ৱারীকাসু শানৈ। মীনা ৱারী শানবদু উবদা নুপী অমনা মহাকপু পায়রিব নীপাদুদা ৱারী শাবা হৌই —

"সারবু মন্ত্রী নৎত্রো?"

"মান্নি ইবেম্মা, হন্দক ভোৎ কারকপগা মন্ত্রী মচা অমা ফংজরে।"

"ৱা অমতা হায়জগে, য়াম্না ৱারৌবিগদ্রা?"

"করিগী ৱারৌরুনি হায়বগে? করি ৱানো? হায়য়ুনে।"

"ঐসে বী এ নে সার। থবক অমা ফংজদ্রি। চহী হেন্দোকখ্রগদ্রা হায়না নুংশ য়াম্না থীরে। থবক মচা অমতা সারনা হাপ্পিয়ুবা।"

"ইবেম্মবু য়ুম পাল্লব্রা?"

"পানজদ্রি। থবক ফংদবদুদা য়ুম পানজদ্রবা।"

"ঐহাকসু চহী পঙয়াম য়ামদ্রি।"

"সারগী চহী হংজবা নৎচদে। ঐবু থবক অমতং পীবীয়ু হায়জবনি।"

"ঐগী পাউখুমসি ইবেম্মগী থবক্তুগা মরী লৈনবনি। বঝাই-বেঙ্গুনগী মখো- মরকসিদা ৱারী শাবা কয়া নুংঙাইররোই। নোংমা ঐগী ক্বার্টরদা চৎথোরকউদনা।"

"চৎথোরক্কেনে থবকপু হাপ্পিনি হায়রদি!"

"অদুগীদি ঐ লৈরিসিদি। ঐ মন্ত্রীনিনে ইবেম্মা।"

" অদুদি সার, থাবনসে কন্না চোংসিদো!"

"চোংসি-চোংসি।"

মখোয় অনী মখুৎ থাদোক্লদবমখৈ হেক লোইবা ফাওবা থাবন চোংমিন্নে।

ইম্ফাল

২৫/৩/২০০০

# ঙসিদগী পূম্নমক বন্দ

মীখুনা থবক অমা চৎকে হায়দুনা মফি শেৎলগা থোরকপদা সূমাঙমক্তদা মহাক্কী নুপীনা হায়রকই —

"কাউনিকো, ঙসি থোংবমগী শোরাৎ লৈবনি।"

"কাউদে। ঐ চৎলোই। ঐ শোরাৎ চৎপকা শংদে।"

"মহোই-পাবানা শংদ্রগা ঐ ওইনা চৎলুরগে। পোৎয়েং-শেন থম্বিরম্মু। ঐঙোন্দদি করিমতা লৈত্রে।"

"নঙসু চৎপা য়ারোই।"

শাউরংননা খুন্নকপনি। নুপীনা হায়রকই —

"করিনোনে হায়রিদুবো ? শাউরিবনি হায়দুনা হয়েং উন্নবা ঙম্মোইকো। কৈরোন-লৈকাইগী থবকপু চত্তবা য়াবরো।"

"লৈকাই অসিগী লুহোং-খোংদোংবা, শোরাৎ, দেব-কর্ম্ম অমতা সুকচৎ চৎলরোইদবনি। নঙসু চৎপা য়াদে। নঙবু কাউরবরো; চারম-থক্লমদাইদদি শুরু-শুরু নৈশিন্দুনা ঐবু কয়া থাজহল্লে। লুপা লাক্ষ কয়ানো ঐনা মখোয়দা খরচ তৌখ্রিবা ! থরায়সি নুংঙাইগে, ইরৈকাই সিদদি ঐবু ফার্ষ্ট তাহল্লুদনা।"

"ওন্থোকপনিদা ভোৎকী ব্রাবু !"

"করি ? ভোৎকী ব্রাবু হায়বা ! চারম-থক্লমদাইদদি ঙে-ঙে, ঐগী মী ঙাক্তা ওইরবোই নীংঙি। ভোৎনা অমত্তা থাদবিদে। লোইনা মশক খঙঙে। লৈকাইগী থবক-ইনখাং, দেব-কর্ম্ম অমতা চৎলরোইদবনি। ঙসিদগী পূম্নমক বন্দ !"

লৈকাইগী থবক অমতং হায়বদা মাঙজীন থারম্বা মীখুনা থাজদনা লৌখিবা ব্রারেপ মহাক্কী অশাউবা খম থেংলে হায়বা মহাক্কী নুপীনা খঙঙি। ব্রা মখা তাদে, তুমিন লৈ।

ইম্ফাল

৭/৪/২০০০

# ধুপ-থাউমৈ

ইন্দোন চাউবী লুখ্রাবীনি। মহাক্কীনি হায়বা মরী-মতা কনামতা লৈত্রে। মতোমতা ঈংনা-চিক্লা হিংজরি। কৈরোন-লৈকাইগী মী পূম্নমক্লা মহাকপু লুনা-চান্না তৌই। অদুনা মাগী কনা লৈতে হায়বগী মঙোন্দা নুংনাংবা-নুংঙাইতবা ৱাখন পোক্তে।

হন্দক-মরক ইন্দোন চাউবীগী মতৌসিদা কৈরোন-লৈকাইগী মীশিং ঙক্লে। নুংতিগী অয়ুক অঙনবদা ঙন্তানা ঈরুজ-মায়থজরগা মহাক্কী ইংখোনগী মমাঙলোমগী লমজাউদা য়ুংলিবা ইলেক্ট্রিক্কী য়ূম্বীদুগী মখোঙদা ধুপ-থাউমৈ কৎলি। অহানবদদি দশা-লাংফমগী নোংমা-ফাদোক লমহাঙদা মৈ কৎলিবোই নীংঙি। অদুবু নুংতিগী কৎপা উবদুদদি করিগীনো হায়না খঙনীংবা অমা পোক্লরক্লে। নোংমদি কয়া কোইনদবী মৌনহা অমনা হঙ্গোইরপ তৌনা হংলুবদা ইন্দোন চাউবীনা পাউখুম পীরকই —

"ইবেম্মা, মীরোনগা লৈজদবগা ইন্দোন্দি ৱারেদা। তোতিনে হায়না পাইপ মচা অমতং পুশিনজবসে ঈশিং তাউ য়াদ্রে। মরন লৈবশিংনা ইনজিন পান্দুনা চিংখিবদা ইন্দোনগী কোনজীনসিদদি ঈশিং মরিক অমতা তাদ্রে। মৈ লাক্ত্রবদি মখোয়গী ইনজিন্দুনা চিংবা য়ারোইদো। অদুনা তোতি তাবা মতমদা মৈ লাকপিগনু হায়না ধুপ-থাউমৈ কৎলিবনি।"

হংলিবা মৌনহাদুগী ইমুংদুসু ইনজিন পান্দুনা ঈশিং চিংঙি। ইন্দোনগী পাউখুমদু তাবা ৱা মখা তারমদনা মৌনহাদু প্রপ-প্রপ হনখি।

ইম্ফাল

১৬/৪/২০০০

# মরাইবক

অমম্বদুদা মখোয় অনীনা লেপ্লক্লিবদু ফনা কুইরে। অনীমক মপুক্লীং খোঙরাঙ্-খোয়শাউনবগুম তৌই। য়াম্না তন্দে-মান্দে তৌনা লেপই। ব্রা-লাং ঙাঙ্নদে। মরক-মরক্তা হাকামসু চল্লি। ফৎ হাইজিন্দুনা কুৎ য়োৎশিল্লুবা পান্বনি। অদুবু ঙসাই হেক লাকপদগী হৌজিক ফাওবদা ঙাইজমন মহুৎ তাদ্রি। হাইজিল্লুনবা পাম্বেদু ঙাইরিবনি। মপুক্লীং-মপুক্লীংদা ঙসিগী নুমিৎ অসিগী মরাইবকপু চৈজে।

পঙথাপ থাপ্তুনা স্কুটরগী মৈঙান অমা উরকই। মখোয় অনী মমিৎ-মনা খংশিং শিংঙি। অমনা হায়রকই —

"লাইনা তম্বা অমদি লাক্লে। লাইবক য়েংলসি।"

"দাউনা দাউ য়াদবনে, হৈনদবদু ওইরমদননে। থোক পীশিল্লম্মদি ঐখোয় অনী দশা তানি।" অতোপ্পদুনা খুম্লকই।

"নঙসু খিৎ কিমনখ্রে। ঐখোয়সু পায়রিসিদি। গাড়ী খুৎথৌ অসি য়েংঙুনে। মৈ অসে খাদা মুক ব্রাংদা মুক।" অদুদগী মখোয় অনী গাড়ীদু ঙাইদুনা লৈ। গারীনা য়ৌশিল্লকপদা হুইশেল অনীরক ফিৎ-ফিৎ খোংঙি, অদুগা লাউই — "হোল্ট !"

গাড়ীদু করিসু থৌশাদনা মখোয়গী মনাক য়ৌনা থৌজিল্লকই। অমম্বদুদা খোনজেন ফাইরপ্পা হায়রকই —

"তোম্বা, নখোয় স্বাইদা দ্যুতি তারিব্রা ?"

"অহোয় ! য়েস সার !"

অমম্বদুদা এটেন্সন্দা লেপ্পি, সলাম ফৎ কোৎলি।

ইম্ফাল

২৮/৪/২০০০

# নহাক্কী লীলা

"হে পরমপিতা ইপা-ইবুংঙো, খুরমজরি।"

কুইনা তাখিদ্রবা খোনজেন অদু তাবদা প্রজাপতি ব্রহ্মা ধ্যান তৌরম্বদগী মমিৎ খংপাঙ পাঙথোরকই। হায়রকই —

"থাজদনা ফুং ফাওরকপদি করি হায়নীংঙি ?"

নারদনা মখুৎ লোন্নরগা হংগৎলকই —

"ইপা-ইবুংঙো ! তাইবঙ-মীওইবদা করম্বা বর অমা অমুক পীবিখ্রবগে ? মালেমসিদা মখোয়না অসুক মনীং তন্নিবসি করিগীনো ? খুৎলাইনা জাৎ-জাৎ শারিবা। ইপা-ইবুংঙোনা অদুক ৱানা শেমখিবা থৱায়শিং অসি মীনুংশি য়াওনদবমখৈ পঙহাত্তা হাত্তোক্লরে। মদুসু মখোয় মশেন। মসিবু করি থৌদৌনা ইপা-ইবুংঙো ?"

ব্রহ্মদেবনা খুন্নকই —

"মীৱা য়াম্না তায় হায়দুনা ঐ বর পীদবা কুইরে। ঐদি শেম্বদনি। ঙাক-শেনগদবনা শ্রীবিষ্ণুনি। করম্না মঙোন্দগী নাম্থোক্নুনা হাৎনরিবনো হায়বদু মঙোন্দা হংলুচো।"

দেবঋষি নারদ ব্রহ্মলোক্তগী বৈকুন্ঠ য়ৌনবা তহা-তহা চেল্লি। শ্রীবিষ্ণুদা হংলুরে। কলি যুগ ওইহবসিদা মহাক্না লাকশিনবা ঙন্বগী ৱাংমদা লৈরে। লোইশিনবসিদি ভুতনাথকী মথৌনি। মহাক্না তনবদগী শিন্নথোক্লদুনা মখোয়না মনীং তৌরিবরা হায়বদু মঙোন্দা হংলুচো হায়রকই।

নারদ নিংশা থবেৎ-থবেৎ হোন্না কৈলাশ চীংদোন য়ৌনবা অমুক চেল্লি। মহাদেব ধ্যান তৌদুনা লৈরম্মি। ঙাইঙমদনা ঙহাক ঙাইজৈ। মহাদেবগী ধ্যান লোইরবা মতুংদা নারদনা ৱাফম অদুমক হংলুরে। মহাদেবনা নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই —

"নারদ ! নঙনা অদুক মিপাইরিবদুবু করিগীনো ? তাইবঙ-মীসি য়াম্না ফৎত্রে। মখোয়মুক মবুক ফত্তবা, মরৌ লৈবসি অতে অমা লৈরমদ্রে। ঐগী অনীংবদুনি মখোয়না তৌরিবসি। মখোয় মশেন হাৎনরিবসি খণ্ড প্রলয়গী য়ুম্ফম থোল্লিবনি।"

নারদনা মরক থত্তুনা হায়রকই —

"হে লাই অথোইবা মহাদেব ! মরাল লৈজদবা কয়া অমা ফৎত্রবা মীশিং অসিগী মখুত্তা শিরিবসিদি কমদৌবা ?"

"কমদৌনি, শিজবা তাবনি। মখোয়সু তাইবঙ-মীনি। হিংগে হায়রবদি থৌনা লৈবা তাবা। ফৎত্রবশিং অদুগা থৌনা লৈনা লাম্বা পানবা তাবা। ফৎত্রবশিংদুবু মাঙহনবা তাবা। ফত্তবগী ৱাখন মকোক্তগী তাম্থোকখিবা তাবা। মীকিথি, মীফত্ত ওইদুনা লৈরগনা শিফম-নাফম খঙজদবা তাবা। নারদ ! থোক্লিবা পূম্বসে ঐগী অপাম্বদুনি। মসিদা খন্থরুদুনা, ৱারুদুনা কান্নবা লৈরোই।"

মহাদেব মমিৎ উইশিনখি।

"হে লাই অথোইবা ! নহাক্কী লীলাসি অঙকপনি !"

দেবঋষি স্বাই মাঙখি।

ইম্ফাল

৩০/৪/২০০০

# লাকচৈদা

মচু তানা শূরবা ফৈজোম-পূময়াৎ, লেংয়ান-ইনফি, ময়েক লানা লংত্রিক লংনা থিনবা চন্দন, মতম অমদা মমিং ওখাক লৈরম্বা মুক্লা যাত্রা — ওজা লসমন য়েংবদা নুংঙাইরি। হৌজিকসু মশা-মউ য়াম্না ফরি। হৌজিক্কী য়োৎ থাঙ্গৎপা মতমগী নহারোন্নকা হেনবা নত্তে।

লসমন মচানীপাগী হন্দক লৈবা স্কুটর অহনবদু তোংলগা শোরাৎ অমা চৎলি। লমহাঙনি। নহা অনীখক্লা মহাকপু খাম্মি। মখোয় পার্টিগী মীনি, স্কুটর পীরম্মু, থবক অমা চৎলুরগা অমুক থিল্লক্কে হায়। লসমন্না মহাক্লা চৎকদবা মফমদু য়াম্না ব্রাৎলিবা অমসুং মহাক্কী খুদোংচাদবা কয়া হায়দুনা স্কুটরদু লৌদনবা হায়। নহা অনীদুনা য়াদে। মহাক্লা হাযবা ব্রা শুকতা তাবিদে। লসমন্না পীদনবা হোৎনৈ। মহাক্লা পীয়ু ময়াদ্রবদা অমনা নোংমৈ-মচা পুথোরকই। মনঙ্গন্দা মদু নল্লগা স্কুটরগী শো মুল্লি। স্কুটরদু মখোয় অনীনা পুরগা চৎখি।

লসমন মহাক্কী মুক্লাগী নিংগোং, লোংখ্রৌকাদু চাং খংয়েং য়েংনীংলকই। অদুন্না নোংমৈ মচাগা মুক্লাগা পানবা য়াদবনা মখোয়দৌ প্রোক-প্রোক চাক্লা লৈহৌই। উপায় লৈতদুনা মচীন পেন্না চৈহৌই —

"ব্রারক্কবা মচাশিংসে ! লমশি শিবা ওইয়ুকো।"

থংনবা মিৎকুপ্পা নিঙমদনা শোল্লি —

"মখোয়নীসিবু য়াওল্লোই হায়দুরনে ? অশেংবা য়াওল্লোই ওইরদি ঐগী ব্রাসি শোয়দনা তাফমদি থোকপনি। মখোয়না নীংবা অদুতমক পাঙথোক্লবা তৌরল্লিবা লমচৎ-ব্যবহার য়াওদবা মতৌ অদু য়াওল্লোই ওইরদি তৌগদবা মান্দে। য়াওল্লোই শারগা গাড়ী লাকপা হূরানবদুম ওইরমনি। মখোয়গী নোংমৈ মচাদুসু কৈথেন্দা য়োনবা অঙাংগী শান্নপোৎনা শাবা ওইরমদনকো। লাকচৈদা, লোংখ্রৌ অমতং চাং য়েংহৌদবা !"

ওজা লসমন মখা ক্রক-ক্রক চিকই।

ইম্ফাল

১১/৫/২০০০

# হেন্না লুবা

“সার, হয়েংসি সারনা চিফ গেষ্ট ওইগদবা থৌরম অমা লৈ।” প্রাইভেট সেক্রেটরীনা হায়বনি।

“ঐ খঙঙি, অদুবু ঐ থৌরম অদু য়াওবা ঙম্লোইদৌরি। ঐগী কেন্দ্রদা মিটিং মচা অমা লৈ। তঙাইফদবা থাদোকপা য়াদবা থবক অমা লৈরে, য়াওবা ঙম্লরোই হায়দুনা খরা হায়দোকখো। মন্ত্রীনা হায়বনি।

“অদুদা সার ... ”

“কৈদৌরগে ? য়াওবা ঙমদ্রদি ঙমদ্রে। করি উপায় লৈ ...”

“সার, ঐনা হায়জবদি, অহল-লমন ময়াম অমা য়াওগদৌরিবা লৈবাক-মীয়ামগী ওইবা য়াম্না মরুওইবা অচৌবা থৌরম্নি। চিল্লবসু চিন্না ঙহাক্তং য়ৌবিরুরগা ফৎ হল্লক্লবা। য়ৌরুদ্রবদি মীয়াম্না কানা-কানি ...”

“ঐবু ভোট পীরগা থাগৎলক্লিবসে ঐগী কেন্দ্রগী মীয়াম্নি; লৈবাক অসিগী মপূনবা মীয়াম্নদি নত্তেদনা। লৈবাক্কীদগীদি ঐগী কেন্দ্রগীনা হেন্না লুই। কেন্দ্রগী মীশিং অসিনা ৱারৌখ্রবদি মথংদা ঐ ভোট কারোইদৌরিবনি। মন্ত্রী ওইবা হায়বসিদি অরায়বা ৱানি। কাবু কারবদি মন্ত্রীদি অদুম মওইনি। লুরিবদি কাবা-কাদবা হায়বসিনি। অদুনা লৈবাক-মীয়ামগী অপূনবা থৌরমগকা ঐ খঙদে; কেন্দ্রগী মিটিং অসে য়াওদবা য়াদবনি। মসিনা হেন্না লুবনি, খঙঙেদনা !”

প্রাইভেট সেক্রেটরি ৱা মখা তাদ্রে।

ইম্ফাল

১৬/৫/২০০০

# কিশিল্লকপা

মতম অমদা ঐবু তাইবঙ-মীনা য়াম্না কি হায়নরম্মি। নোংমদি শোয়দনা উন্নগদবা লৈরবা ঐবু থাপ্না ঈস্থোক্লবা হোৎনৈ; উন্নদনবা হোৎনৈ। উন্নগুমসি হায়দুনা ঈরাৎ-থৌনি তৌই। মখোয়না হায় — ঐসি পাঙ্গল য়াম্না কল্লি।

ঙসিদি তাইবঙ-মীসি ঐঙোন্দগী হেন্না মপাঙ্গল কল্লমানে। মথৌনা-মরিংজেনবু য়াম্না লৈরেনে। ঐগী ইথৌদাং ফাওবা মখোয়না তৌবিরে। ঐহাক্তি মী-মীদুগী মরাইবক্লা তন্নকপা অদু ঐহাক্কী ইথৌদাং অমা ওইনা পাঙথোকপদনি। হৌজিক্তি নোংমা কাংদনা মখোয়না অমনা অমবু হাত্তোক্লগা ঐগী ইনাক্তা থারকপগী মমিং মথং-মনাউ ইশিনবমক্তদা ঐগী অচৌবা থবক অমা ওইরে। ঙহাক্তা পোত্থাবা ফংদ্রে।

কনাগুম্বা লাই ইমান্নবশিংনা ঐঙোন্দা লঙনববু য়াওরে — মতম অমদা হিংচাবশিংনা অকনবা তপস্যা তৌরগা দেবরাজ ইন্দ্রগী স্বর্গগী খুবম হেক-হেক মুনবদুগুম ঐগী খুবম অসি তাইবঙ-মীনা মুনজখিনি হায়দুনা। মখোয়গী ব্রা তাবদা ঐসু অকিবা অমা পোকই। তশেংনমক ঐগী ইথৌ মখোয়না পূংমুন হেক মুনখিবা তারবদি ঐগী করি ইজ্জৎ লৈখিগনি। তাইবঙ-মীসি থাজনীংঙাই ওইদে। অশিবা কৌবা লাই ঐ ফাওবা মখোয়না অসুক উশিৎলক্তবসি কিনবগী মরম অমা ওইরবনি। ঐনা মতম চানা তৌজগদবা ইথৌদাংবু মখোয়না ঙাইঙমদবগুম চঙহাৎ হাৎলিবসিবু করিগীনো ? নোংমদি মখোয় খুদিংমক ঐগী ইখয়াত্তা তাগদবা ঙাক্তনি। অদুবু মখোয়না অসুক এদভান্স ওইশিল্লক্লুনা ঐগী ইথৌ মখোয়না মুল্লকপসি ঐ ঙকই। ঙল্লবদি ঐবু ফাওবা হাৎকে হায়রক্কদৌরি।

মখোয়গী থৌদৌসি ঐ তশেংনা ঙকই। মখোয়সি কিদুম কিশিল্লকই। খুকউ শেন্দবা য়ারক্ত্রে।

ইম্ফাল

১২/৬/২০০০

# শামু মথুন পেনা খোংবা

"দোং!"

মী পূম্নমক মমিৎ-মনা চপ য়ুংখৎনৈ। চেন্নবা য়াওই। পাকথবা য়াওই। মিহুন-থাহুন লোইনা চেনগুম-চেনগানৈ।

অহন অদো লেকথরক্তুনা লৈমায়দা পদ্রাক তাই। কনানসু হন্না য়েংলুদে। মশা-মশাগীদা খন্নে। কনাগীসু অততাই নত্তে। কনাসু মথৌনা ফৃদোকপা ঙমখিদে।

নীপামচাদু য়াম্না মথৌনা লৈনা মতৌ মান্দনা চঙলকখি। কনানসু করিসু খল্লুদে। মহাক মথৌ পাঙথোক্লক্লগা থৌশা-ব্রাশাদনা চৎখি। মী পূম্নমক তঙক-তঙক য়েংদুনা কিথি কিরুম্লনা লৈহৌই।

কোন্না ব্রা-ব্রা লাউনরকই। চেনশিন্নে। পাংবা য়াবা মতেং পাংঙি। কনবা ঙমহৌদ্রবদা ইমুং-মনুংগী অব্রাবদা শরুক য়াবা য়াওই। নিন্দা তৌই। ব্রা য়াম্না কন্না-কন্না হায়। পেন্দবা ফোঙদোকই। থৌদৌ অদুবু য়ানীংদে হায়বা উৎলি।

তাগদৌবা, তাহন্নীংবদুনদি তাদে। মখোয় তাসু তানীংলম্মোই। খোয়শাউনরবা, পেন্দবশিং অদুমখৈতনা ঙাঙবনি; তারিবসু মখোয়খক্তনি।

ইম্ফাল

১৬/৬/২০০০

# মরুপ

গাড়ীশিংদো য়াঙনা থৌরকই। ময়ায়দা মন্ত্রীগী কার; মাঙ-তুংদা এস্কোর্টকী জীপসী।

নীপা অমা সাইকল অমনবা অমা তোংদুনা চৎলি।

তুংদগী এস্কোর্টকী গাড়ীনা হোর্ন খংখোং খোংলকই। সাইকল তোংবা নীপা খংপ্রেক খংঙি। মমাঙদা লৈবা কোমকুত্তু উহৌদে। মদুদা সাইকলদু য়ৈশিন্দুনা পুনত্রে তুই; মমাঙগী তয়ারদু পোকখায় — পোক !

খঙহৌদে, – শেৎ-শাৎ ! বটনা — তোক ! মমায়-মমিৎ মফম-মরাং খঙদবমখৈ ফৃজিল্লকই মখোয় মরি-মঙাদুনা। তঙক-তঙক য়েংবা নত্তনা উপায় লৈতে। চৈনাখোল খাঙলগা হৌগৎলকপদা উই — লমদমদুগী মীহুৎ ওইনা থাগৎখিবা মহাক্কী মরুপ মন্ত্রীদু কার মনুংদুদা ফল্লি।

মরুপ মন্ত্রীদুনা কার মনুংদগী য়াম্না চীং-লেম্না হায়রকই —

"মখোয়না শক খঙদদুনা তৌখিবনি মরুপ, শাউবা য়াদে। ঐসু উহৌদ্রে।"

মহাক্না সাইকলদু হৌগৎত্রিঙৈ গাড়ীশিংদু লম্বী খরা থৈরগা মরী-মরী থৌখি।

ইম্ফাল

২৮/৬/২০০০

# হরাউবা

“এই, নঙ করিকী কোয়তুনা - লংতুনা লৈপ্রা ? হয়েং নঙকী পরখা নংত্রা ? লাইরিক করিকী পাতে ? হয়েং নঙ খনত্রতি ঐকী থৱায় নুংঙাইরোই। নঙনা তাক্তর ওইপা ফংলতি ঐতি শিপসু য়ারে। পূংপেন পেল্লনি।”

লাইরিক ময়েক মশক খঙদবা মপানা মচাদা হায়রকপনি। মচানা খুল্লকই —

“লাইরিক পারকা করি কান্ননি অপা ? করি হংকনিসু খঙতপা। ইরসু ইত্রসু ঐপুতি খল্লনি। কোতাগী মশীং শুতে। রিজর্বকী মী তরা খনকতপতা ঐখোয় কেন্তিতেং নীপানখকনি। ঐখোয় নীপানতি রিজর্ব কোতানিনে অপা।”

“করি হায়পা ? নঙকীপু কৌতাতা য়াওরে হায়পা ? তুতি য়াম ফৈনা। অতু, লাইরিক পাতনা তাক্তর ওইপা য়াকত্রা ? নঙনা তাক্তর অচৌপা ওইপতো ঐনা পামপনি।”

“তাক্তর ওইরকা পানি অপা। হৌচিক খনপকীতি পাতসু য়ারে। খনকতপা লৈরে।”

মচাগী ৱা তাবদা মপাগী হরাউবা হায়নীংঙাই লৈতে। মচাবু নুংশিনা য়েংলগা হায়রকই -

“অতুতি নুংঙাইহে ! ঐ তাক্তরগী মপা ওইপা ফংলনি। ঐ হরাউএ ! য়াম হরাউএ !! তমত্রসু তাক্তর ওইপা য়ারতি হেন্না হরাউনিকো !

ইম্ফাল

১৫/৭/২০০০

# অমুক হনজররোই

ওইরক্লিবা ফিবম অদুদা যমরাজ তৌফম খণ্ডদে। তৌবা য়াবা পাম্বৈ পুথোক্লুনা হোৎনরবা ফাওবদা সমস্যা অদু কোকহনবা ঙমদ্রে। হৌজিক তৌবা য়াবা পাম্বৈ অমতং হায়ববু নৌনা লাক্লিবশিংসি মখোয়-মখোয়গী লাকফমদুদা অমুক হলহনখিবা হায়বসিনি। নৌনা লাকপা থব্রায় অমদা যমরাজনা হংঙি —

"হে থব্রায় ! নঙগী নরান করিনো ? নশা নহা ওইরি। লৈবা য়াম্না য়ারি। নঙনা মফম অসিদা লাক্লিবসি করি মরমদগীনো ?"

"হে যমরাজ ! ননাইদি লানজদবনি। সিফায়গা লালহৌবগা কাপ্লবদা ঐ মরক্তা মখোয়গী তার্গেৎ ওইরুবনি।"

"অদুদি নঙ মালেমদা অমুক হল্লো। ঐনা নঙবু হিঙ্গৎহল্লগে।"

থব্রায় অদু মরু লুকথরগা ঙহাক খল্লি, অদুদগী খংহায় হায়রকই —

"হে যমরাজ ! শিদ্রিঙৈদদি শিনীংলমদে। হৌজিক্তি শিরবনিনা অমহা ওইরে। হনজররোই।"

"নরান লৈত্রবদি হনখিবা ফৈ। ঐনা চিত্রগুপ্তদা হংবদসু নঙগী নরান থোইনা লৈতে হায়। মালেমদা মীশি-মীনা, মীহাৎ তোয়মনবনা মফম অসিদদি লৈফম লৈত্রে, ক্রক ক্রক ঈন্নরে। মপাপ চেনবা নরক্তা লৈগদবা ফাওবা মফম লৈতবদগী ভগবান শ্রীবিষ্ণুদা হায়জদুনা স্বর্গরোমদা রিফর তৌখ্রবনি। অসোমদসু মফম লৈত্রে, থারক্লনু হায়রে। লৈফম লৈতে, অদুনা নঙ হনখিদবা য়াদ্রে।"

"মদুদদি হায়বিগনু ধর্ম্মরাজ ! মালেমদদি ধর্ম্ম হায়বদু লৈত্রে। মখোয়না কাপ্লবদা ইরান লৈতনা শিরবা ঐবু অমুক ইরান শীজিনবি। মখোয়গী মরান লোৎপা য়াননবা লানজদবা ঐঙোন্দবু নোংমৈ য়াওরম্মি হায়জিনবিরে। হেক হিংদুনা লৈরুবদা ঐ শোয়দনা অমুক হাত্তোকপিনি। হে ধর্ম্মরাজ ! ননাই মচী অমদা নপ্তুনা লৈজগে। ঐ অমুক হনজররোই।"

যমরাজ মুন্না তায়। মঙক নোন্নগা শোন্থাঙননা হায়রকই —

"নঙনা হায়রিবদুসু চুন্নিবনি। ঐনা ঙসি হনখ্রো হায়দুনা থাখিনি; হয়েং মখোয়না অমুক থারক্কনি। লুইদা তৌদৌসে !"

ইম্ফাল

২৬/৭/২০০০

# ফাইবোক

“হায়, নপা য়ান্নে মচা ! নঙ অদুদা অমুক লুমদুনা লৈরব্রা ? নঙদা লাক্লনু হায়বসে য়াদেনে। লাইমসু নুংশিদেদা শক্তাথীসিদি !”

নোংমা-নোংমগী অফং-অফংবা খরা য়োল্লগা য়াম্না ৱানা চরা নোংখন্নবা হোৎনজরিবী হনুবীদুনা শাউনা চৈরকই।

অমদু হনুবীদুনা তথি-তথি চৈরকপদুদা ঙকচানৈ। হায়রকই —

“ঐঙোন্দা অদুক থীনা চৈবিরিবদুবু ?”

“নঙোন্দা নত্তদি কনাদা ওইনি। কয়ারক হন্না হায়রবা নৎত্রা — লাক্লনু, উন্নরগুমসি। নমায়না থারিবা, ইকাইবা শুকখঙ খঙদে। নঙ হেক লাকপদা মেন-মান অমতা তাদে। নশক্তু উবদা খোয়দৌসি প্রোক-প্রোক চাকইকো।”

“ঐদি কয়া তোয়না লাক্ত্রিদা। ইবেনগা উন্নবসু ঙসিনা অহানবা ওইরমগনি। ইবেন্না ঐবু করম্না শক খঙবিরল্লিবনো ?”

“নচীন্দু থীনুনে। বন্দ নঙবু খঙদবা কনা লৈ ?”

“ঐদি বন্দ নৎচদে।”

“নচীন্দু থীনুনে নঙবু। নশক্তা নত্তে, নরমচৎ ফাওবা শিৎ-শিৎনা খঙবা ঐনি।”

“ঐ বন্দ নত্তে। বন্দদো ঐগী ইয়াম্বনি। হেক পোকমিন্নবা — ফাইবোক। অদুনা শক মান্নবনি। শিনফমসু মান্নে। মীনা মাবু শাউনরে, মা লাক্লনু, ঐ ওইনা লাকউ হায়না কৌরকপদগী মহুৎ শিন্দুনা ঐ ওইনা লাকপনি।”

“ঐমা ! নঙবু মাগী মনাউ ! ফাইবোক্কি হায়বা ? নমিংদি করি কৌই ?”

“ঐগী ইমিং জেনেরেল ষ্ট্রাইক কৌই।”

“নশক্কা মান্নরে, শিনফমগা মান্নরে, নরমচৎসু মান্নরমগদবা মাল্লিদা। ঐ কয়া হৈনদেকো নখোয় জাৎসে।”

হনুবীদু ফৎ হাইদোক্লুনা চৎখি।

ইম্ফাল

৪/৮/২০০০

# অরোইবা পান্বে

নীপামচাদু যেসা-উপায় তৌদুনা বী. এ. গী সার্টিফিকেটতি পায়হৌরে। মথংগী খোঙথাংদি সার্টিফিকেট অদুগী মগুণ চাং য়েংবনি।

কয়ারক্লি কেরানীগী পরীক্ষা য়াওরুবা। পরীক্ষাদি পাস তৌরবসু ইন্টরভিউদদি শুকয়াও য়াওরক্তে। সিফায়না খরা ফগদ্রা হায়দুনা লমজেনসু কয়ারক চেল্লুরে। হুমাংদা তাদুনা তোকই। পিওন ফাওবগীসু লাইবক য়েংলুরবনি। চঙলু-চঙলুবা মফম খুদিংদা থাউ থাক্রুবদি শুকয়া য়ারমদে।

মরম খরদদি থাউসু ঙমজবা খরদি থাক্লিবনি। অদুবু সঙ্গ য়াওদ্রবদি অমুকসু য়ারমদে। লৈত-লৈত তৌরুবা মাঙদুনা তোকই। অহেনবগী অদুম ওইখিবা মশানা তাবনি।

নোংমদি খরা চাউরপ তৌবা শেনফম অমা পীনবা মপাদা তক্লে। মপাবু থাজহল্লি — হন্দক্তি শোয়রোইদবনি।

মপানা ইংখোন বন্ধান থল্লগা শেনফমদু মঙোন্দা খুৎশিন্নে।

শেনফমদু পুদুনা থোকখিবা নুমিত্তগী মহাক ময়ূমদা হনজিল্লকখিদ্রে।

থা খরগী মতুংদা পাউজেন-চেদা য়াওরকই —

"লালহৌবা য়াওবা নহা অমা নোংমৈ অমগা মরূ খরগা পুরক্লগা চিফ মিনিষ্টরদা সরেন্দর তৌররে। ... চিফ মিনিষ্টরনা তংদু লৈতাবা পুন্সি অমা হিংবা ঙমজনবা মহাকপু সরকারগী থবক অমা অথুবা মতমদা পীরগনি হায়না লাউথোকখ্রে।"

মথংগী নুমিৎকী পাউজেন-চেশিংদা নহা অদু মখোয়-মখোয়গী য়াওল্লুপকী মেম্বর নত্তে হায়না য়াওল্লুপ খুদিংমক্কী মায়কৈদগী শেংদোক্লরকই।

ইম্ফাল

১০/৮/২০০০

## তানজা

মখোয় কেন্দ্রগী এম এল এ হোসপিটালদা পুখৎখ্রে, অরুবা ফিবমদা জ্ঞান তাদনা কোমাদা লৈরে হায়বা পাউ হেক তাবদা পাউদু তশেংনমক চুম্লবরা হায়দুনা হোসপিটালদা মী থারুই। চুম্লম্মে। ফগৎলক্কনি হায়বগী থাজবগী ৱাংমদা লৈরে হায়না পাউ তম্লে।

মাগীনি হায়বা অখন্নবা মী খরা পাউ থাদুনা খুদক্তা কৌই। কোক চূংশিন্নে। পোরম য়াৎথোকই।

এম এল এ দু অমুক হন্না জ্ঞান তারক্লে। অফবা মীনি হায়না মীয়াম্না শোন্নে। মহাকপু খঙবা মী খুদিংমক মথৱায় নুংঙাইনদে। অৱাবা ফোঙদোক্লরি।

মহাকসু লৈখিদ্রবা এম এল এ অদুগী অৱাবা ফোঙদোকপা, লৈ কৎপা চৎলুই। কুইনা লৈরক্তে। মতম মাঙহনবা য়াবা নত্তে। মাগী ওইবা মীওইশিংগা চূংশিন্নে। মাঙজৌননা য়াৎখ্রবা পোরমদু মথং-মথং শীন্দোক্লবা হৌই।

অসুক ফবা তানজাসি নাম্থোকহনবা য়াদে। হন্দক্তি শোয়হনবকা য়াবা নত্তে। মায় পাক্তবা য়াদবনি। অচেৎপা ৱারেপনি মহাক্কী।

ইম্ফাল

২০/৮/২০০০

# নমপোই

মপাবুংনা লৈবাক্কী শক্লাইরবা মন্ত্রী অমা ওইরম্বনিনা অশিবা হংবা লাকপগী লোইবা-খম্বা নাইরমদে। লাক্লিবশিংদুগী মনুংদা অয়াম্বদি মপাবুংগী মরুপ-মপাংশিং অমদি পার্টিগী লুচিংবশিংনি। শ্রাদ্ধ-কর্মগী কন্না লাঙলিঙৈ চৈরক্কুদা পার্টিগী লুচিংবশিংনা মঙোন্দা হায়রকই —

"ইবুংঙো, কর্মসিদি মরোইখ্রনি। হৌজিক লুরিবদি নপাবুংনা মতম কুইনদগী লমদম অসিগী মীহুৎ ওইরক্লিবসি হাঙবসিনি। অহাঙবসি নহাক্লা মেনশিনবা তাই।"

"পাবুংখোয়, নচাদি রাজনীতিসি করিনো খঙজদে। হান্নদগী কয়াসু হৈনজদে। কনাগুম্বা অমা য়েংবিয়ু।" মহাক্লা য়াম্না নোল্লুক্লা হায়জে।

"ইবুংঙো, কনাবু খঙনা-হৈনা পোক্লকপগে ? তৌরগা খঙলক-হৈরকপা ঙাক্তনি। নপাবুংগী অহাঙবা মফম অসে নহাক্লা মেনশিন্দবা য়াদবনি। নঙগীদমক পার্টিগী ঐখোয় ময়াম লৈরিসিদি। নপাবুংনা খঙহৌদনা লৈখিদবগী মীয়ামগী সিমপেথীসু নঙোন্দা লৈগনি। মসিগী খুদোংচাবসু লৌহৌদবা য়াদবনি। মতাং অসিদদি নহাক শোয়দনা মায় পাক্কনি। তানজা অসি নাম্থোকহনখিবা য়াদে।"

"অদুদা পাবুং ..."

"অদু-অদা য়াদে। নশাগী ঙাক খনগনু। নপাবুংনা য়াওরম্বা পার্টিগী খল্লু। হৌজিক্কী ফিবম অসিদা পার্টিগী এম এল এ মশীং হস্থহনবা য়াদে। নঙ তঙাইফদনা মরক্কী মীখন অসিদা পার্টিগী ওইনা চোংথোক্তবা য়াদবনি। নপাবুংগী কর্মগী মীয়াম তিনবা তানজা অসিদা নঙগী ভোট খোম্বা হৌহৌগদবনি।"

মহাক করিগুম্বা খরদি হায়নীংঙি। অদুবু হায়নবগী তানজা পীদ্রে।

কানচিপুর

২৫/৮/২০০০

# হেক্তা লাকউ

নোং ঙানফুং-ঙানফুংলকপগী মতমদা চপ মান্নবা মশক অনীদু খন্ত্রাং লৈরম্বদুদা ঙকই। অহিং মিৎশেং খাঙদুনা চেনা য়াঙখৈনীথোই চিংলুবগী উইরুম্লবা মমিত্তুদা পঙউ উরব্রা খল্লকই। চঙশিন্দুনা মুন্না য়েংঙি। মহাক্কী মমিৎকী অশোয়বা নত্তে হায়বা খঙলে। মহাক্না হান্না খঙবদি শক অমখক্তনি। চপ মান্নবা শক অনী শুরম্বদুদা ঙকচানবা অমদি ফাওই। চিংনবা কোক্লবা হংলুই।

অনীমক্তুনা পাউখুম পীরকই —

"ঐখোয় অনী ইচিন-ইনাউনি, ফাইবোক্নি। অমগী মিংনা বন্দ, অমগীনা জেনেরেল ষ্ট্রাইক।"

"ও! খঙলে-খঙলে। অমদি ঐনা হান্না নমিং অমুক - অনীরক্তি তারে। ঙসিদি শকসু খঙলে। ফরেদা নখোয় অনী উন্নবা! ঐ নখোয় উন্ননীংদুনা লৈরম্লিবনি।"

বন্দনা ঙক্লপ তৌনা হায়রকই —

"মশাগী ওইজবা থিবা খরা নত্তনা কনানসু ঐখোয়বু পামদে। উন্ননীংদে হায়দুনা থীনা-থীনা চৈ। নোংমা নোংমগী চারা তাল্লিবশিংনা অমুক্কা হেন্না শাউই; ঐখোয়বু উবদা তিন শিৎলি। ঐখোয়বু উন্ননীংলিবা মহাশয়গীদি করি করম্বা ওইজবা থিরক্লিবা? অদুগা মহাশয়গী মিংনা করি কৌবা? "

"ঐগী মিং কর্মচারী কৌই। সরকারগী কর্মচারী! থবক কয়া শুনীংদে, ছুটিনা হেন্না পাম্মি। ওফিস ইকা কাদনা তলব ফংবা নুংঙাই। ইশাগী ফংফম থোকপা ছুটি মাঙহন্নীংদে। নখোয় অনীগী মরক্তা অমা লাক্লবদি ছুটি থাদ্রবসু ছুটি ফংঙি।"

"এ! করি ব্রানো? মহাশয়না ওফিস কানিংদ্রগা, থবক শূনিংদ্রগা ঐখোয়বু লাউ হায়রিসিবো? ঐখোয়বু বদনামগী মথক্তা বদনাম লৈবা তারে।"

"বদনামদি নখোয়বু লাউ হায়না কৌরিবদুনা মরাইনা চাজনি। কৌবু কৌরবদি নখোয়দি হেক্তা লাকউ। নখোয়বু তাথীদবা, তরাম্না ওকপা কর্মচারী ঐখোয় লৈরি। ঐখোয় নখোয়গী মরুপ্নি। কৌবু কৌরবা হেক্তা, তন্দনা হেক্তা।"

মচিন-মনাউদু মখোয়গী মরুপ খরদি লৈরি খন্দুনা মোমোন নোকচৈ।

ইম্ফাল

১/৯/২০০৩

# য়েংবদা হৈসি

মী পূম্নমক পূন্নাঙ লাঙনৈ। কুমহৈ নুমিৎনি, কুমহৈ য়েংগদৌরি। ঙন্তানা চাক চানরগা ময়ূম-ময়ূমদগী কুমহৈ য়েংবা থোক্নরক্লে। অচৎ-অওক্লা ব্রারী শানৈ —

"ওন্থোকপনিদকো ঙসি তৌদৌরিসে!"

"কুমহৈদি নুংঙাইবা তারেদনা লাম্বা অনীসিগী মতৌসে।"

"মখোয় অনীনা ব্রাইনরিঙৈদা পজেং-ফিরান মীনা থেৎখিদুনা তোক্কনিকো।"

"পজেং-ফিরানগী ব্রা খঙদে। নুংঙাইগদৌরিদি মরুপ অনীগী লাম্বাসিনি।"

"মরুপ-মপাং ওইবগী লাম্বানি।"

"অং, মরুপ মপাংগী লাম্বানি। চীনবাম্থোংদা মরুপ-মপাং ! পুক্নীংদনা হাত্তোক্লবী !"

"অদুবুদি লাম্বা পানরবদি হৌনবীনি। চেক্তা চেকশিল্লগা 'ঐ' হায়বসি মঙায়দনা।"

" 'ঐ' মশেন কাওনবদুনিনে নুংঙাইদৌরিসে।"

"হোয়নে, মসিদা নুংঙাইদৌরিসি কুমহৈ য়েংলিবা ঐখোয়দনি। শেন তিংদবা কুমহৈ। হৈজ-শিংজরগা শেন ফংবসু ময়াওবা ।'

অমখক্লা মীনুংশি য়াওনা হায়রকই —

"নুংদি নুংঙাইতেদকো , ইতাউ-ই্তাউ হায়নরগা মখোয় অনীন তৌনদৌরিসে।"

ঙসায় মখৈ ব্রা ঙাঙবা শুকয়াও য়াওদবা তাবদা মথংবা অমনা হায়রকই —

"ঐখোয়গীদি কুমহৈ নুংঙাইরগা মরোইরে। য়েংবদা হৈসি ।"

ইস্ফাত

১৮/৯/২০০৫

# লুকমায়দা হাপ্পা

অশংবা মচুগী মনজুনরবা ফিজোল শেৎলিবী অহন ওইরবী নুপীদুগী নুংশুক নুংজানবা মতৌ উবদা নীপা অদু অমুক তপথনা লৈবা ঙমদ্রে। মনাক্তা চঙশিল্লগা হংলুই —

"হে অথৌবা পোকপী ইমা! হন্দক-মরকসি ইমানা মায়থোঙ খেগুম লাংশিনবসিবু করম্বা নীংবা থুংদবা লৈরবগে?"

মরু লুকথদুনা লৈরম্বী নুপী অদুনা হংলক্লিবা নীপা অদুদা হনগৎনা য়েংলগা হায়রকই —

'ইপারী ইরাবত, নহাক ওইরে? ইপারী, ইচাশিংগী মতৌসিনা নমা ঐদি ইকাই ফিরুক খুম্লে। নমা ঐবু মীমাঙদা লুকমায়দা হাপ্তুনা য়োল্লে। মসিদবু করম্বা মমানা হরাউগদৌরিবনো?"

"ইমা, নচা জ্ঞান তাবা ঙমজদ্রে।"

"নোং-চীংগী ফিবম ফরকপদা মঙায়রি। অচৎ-অওক কয়াবু লম্বীদা হা অদুগীনি অদাগীনি হায়দুনা শেন কোয়নি নিবা হৌরে। লুপা মঙা - তরাগীদমক লৈতবদা লৈতবা অতাক্লরে। শেন লৈত্রগা থবক-থৌরমশিং অদু তৌরুনু, তোকথোকউ । তৌদবা য়াদে হায়বা করি দণ্ডি পানবা লৈ ? লম্বী অচৎ-অওক্তা শেন কোয়নি নিরগা মমা ঐবু য়োনবিবসিদি ইমান-ইমান্নবা মমাঙদা ঐদি চঙশি শিরে।"

"অদুগীবুদি ইমা, নচা ঐবুসু য়োনবিবসিদা য়াওরবনি। ঐগী মিংদা, ঐগীদমক্তনি হায়দুনা অচৎ-অওক্তগী শেন খায়বা য়াওরে। নচাগী মিংচৎসু মাঙহনবিরে।"

"অদুনিনে ইপারী ইরাবত! শূনীংদবা ইচাশিং অসে নিবগী হৈনবীগী লায়নানা নারে। অচোপ-অরেম, ইকাই-ইকি হায়বদু মখোয়দা লৈত্রে ।"

" অদুবুদি ইমা, লৈবাক্কী লুচিংবা ফাওবদা নিবগী হৈনবীদা লায়চুরে । খরা লৈরগদি ঐখোয়বু য়োনবগী থাক ফাওবা য়ৌরকপা য়ারি।"

"নুমিৎ অদু য়ৌরক্ত্রিঙৈদো ঐ অসে মালেম অসিদৈ মুৎখিবনদুম হেন্না ফরে।"

নুপীদো থম্মোই শোক্না হিক-হিক কপ্লকই। মচা ইরাবত তঙক-তঙক য়েংদুনা লৈ ।

ইম্ফাল

২৯/৯/২০০০

# অনাবা হংবা

তোনুনা চৎলুবদা অমুজাউদু কন্না নাহেদুনা লৈরম্মি। মহাক্কী মতৌদুদা নুংঙাইত্রদুনা তোনুনা হংঙি।

"তাউ, চৈনাখোন্দুবু খাঙবা য়াম্না ৱারব্রা? ওস্থোক্লা কন্না নাহেরেদকো।"

অমুজাউনা খুমলকহ —

"ইতাউ, ইকাইবগা চৈনাখোনংগা অনীনা য়ৈশিল্লকপসিদি ফনা শাথী। ইতাউ নঙনা হায়বা ইল্লল্লবদি ঐ অসুম্না তৌরম্লোইদবনি।"

"ঐদি মহায়বনিকো — তৌরুরনু, ফজনা লেম্না তোকহৌরসি হায়দুনা। নহাক্লা ঐবুদি থাজদেদো। মখোয় খরনা য়ৌ-য়ৌ তৌবদুদা অপঙ-থৌনা ওইনা হেক চোংথোক্লুই।"

"নহা অসিসু ব্যবহার খরা খজিক কায়। মথক্কী অহন্নি। মহাক খরদি য়েংবদি য়াবনি।"

"মদুনা নহাক্কী ৱাখন্নি ইতাউ। মায়য়োক্লবা লাম্বা পাবদবু নহা-অহন য়েংনরবদি মহাকসু খোঙফম শোয়বা য়াই। থোরক্লিবা পূম্নমক মায় পাক্কে হায়দুনা থোরকপা ঙাক্তনি। মানা-মানা থোকপা ঙম্নবা হোৎনবা তাবনি।"

"অদুবু মরুপ-মপাং ওইনা লাম্বা পানবনি, খরদি য়েংনবা য়াইদনা।"

"অদুদা ঐখোয়রোমগী কাঙবুগী মরক্তা মচীন থীবসু য়াওরুইদো। চীন-কাঙজৈ হৌরুরবনিনা মখোয়সু মখোয়না ঙম্নবা হোৎনবা তাবনি। শাউরুরনু। মতুংদদি খরা খন্থরগা তৌসিকো। পাম্মি হায়দুনা হেক্তা য়াবা নত্তে।"

" হোয়, করম্নদি শাউরুনি। মতুং-মনাউদি লাম্বাকা শুকপা পাজররোই । নাদি নাখ্রেদা, নীঙ্গোংনা হেক্তা দম লংথরম্মি। তাবদা ফিবম খরা চাখিদ্রব্রা করিনো, লেঙবা য়াদ্রে। এ!, অয়ো -য়ো ....!"

"খরা খাঙঙু, ইতাউগীদমক ঐনা নাবিবা য়াবসু নত্তেদো। ঐখোয়দি অদুক হংবা নত্তনা উপায় লৈতে । ঐ চৎলে। নাবা ফরগা লাক্কে। চাক চরা অমতং চামিন্নসি । চৎলে-চৎলে।"

তোনু চৎখি, অমুজাউ পৈরগা নাহেদুনা লৈহৌই।

**ইম্ফাল**

৫/১০/২০০০

# য়াদবা কাঙবু

লৈবাক্কী ওইবা তঙাইফদবা অমগীদমক পেন্দবা ফোঙদোকপগী কৌবা বন্দনি, হোংদোক-হোংজিন য়াদ্রবা তারিখ অমদা। মীওই কাঙলুপ খুদিংমক বন্দ অসিবু শৌগৎকদবনি হায়না আপিল তৌরি। বন্দ তৌবদা শাউবা য়াওই, হরাউবা য়াওই । হন্দক্কী বন্দ অসি শৌগৎলোই হায়না শাথীনা য়াদবা কাঙবু অমা থোরকই। বন্দ কৌরিবা কাঙবুনা য়াদবশিংদুগী মীহুৎকী মনাক্তা চত্তুনা বন্দ শৌগৎলোইদবগী মরম হংলুই। পাউখুম পীরকই —

"নোংমাইজিং নুমিত্তা বন্দ কৌবগীনি।"

হংবা চৎলিবা কাঙবু জ্ঞান তাবা ঙমদে। মখা তানা হংঙি —

"নোংমাইজিং নুমিৎসিবু বন্দ কৌবা য়াদবা জাৎলা?"

পাউখুম পীরকই —

"য়াদে। মশানা ছুটি ওইজবা নুমিৎনি।"

মখা তানা থিজিল্লুবদা নোংমাইজিং নুমিত্তা কৌবা বন্দ শৌগৎলোই হায়না য়েৎলিবশিং অদো সরকারগী তলব চাবা মীওইশিং ঙাক্তা ওইরম্মি।

কানচিপুর

১০/১০/২০০০

## য়াথং ঙাকপা

লমদমসিদা নোংমা কাংদনা থোক্লিবা মীশি -মীনা অসিদা মিপাইরবা থৱায় অমনা য়াম্না হঙ্গোইজনা মনাক্তা লৈরিবা নোংমৈ-মরুদা হায় —

"ৱারৌবিবা য়াদে, করিগুম্বা অমতা হায়জগে।"

" করি ওইরবনো মরূপ, চিংনবা লৈতনা হায়বিয়ু।"

নোংমৈ-মরূনা ইচম চম্না খুন্নকপনি।

নোংমৈ-মরূগী পাউখুমগী ৱাহৈদু তাবদা থৱায়দু খরা খৌতক তৌই। 'মরূপ' হায়বা ৱাহৈদু মহাক খরা নুংঙাইতে। হান্না অমুক্তা উন্নখিদ্রি, খঙন-চান্নবা নত্তে। মরূপ শানখিবা লৈতে। 'মরূপ' হায়বা ৱাহৈদু হায়হন্নীংদে। অদুবু মপুক্লীংগী পামদবা ৱাদু লোৎশিনদুনা থন্নগা ৱাবৌরপ তৌনা হায়রকই —

"লমদম অসে মীশি-মীনা তোয়মল্লে। অদোমগী খুত্তা মীওই কয়াগী মপুঙ্গি মথোঙ-মরম খঙদনা লোল্লিবসি হাকমল্লে। মরম্বা মতমদা কনাগী পালি লাক্কদগে হায়দুনা মী খুদিংমক মিপাইনরে । য়ারবদি অদোম লমদম অসি থাদোক্কুনা চৎপিখ্রো।"

থৱায়গী ৱা তাবদা নোংমৈ-মরুনা হায়রকই —

"মরূপ, নহাক্না হায়রিবদু ঐ য়াবা ঙমজদে। ঐদি কনাগুম্বা অমগী মথা পোন্না লৈবনি। মহাক্না তৌ হায়বা য়াথংদু ঙাকপনা ঐগী ইথৌনি। কনানা কনানো হায়বদুসু ঐদি খঙজদে।"

নোংমৈ-মরূদু মশাগী ৱা হায়বা লোইদ্রি। খঙহৌদনা মনাক্তা লৈরিবা থৱায়দুগী থম্মোইদা ফুৎ চঙখ্রগা ফাওদোকখি। থৱায়দু তপ্না-তপ্না তুথরকই।

ইম্ফাল

১৫/১০/২০০০

## পাম্মনখ্রেদা!

য়ূল্লোন-কৈরোন্নবদি চাকপু তোক্লখ্রে। মখোয়গী মচানুপীদু হৌজিক ফাওবা য়ৌরক্ত্রি। হাকুমদি ঙন্তানা চাক থোঙ্গৎপা হৌবগীদুদা ফুং ফাওরকপনি। ঙসিদি নুমিৎ য়ুংলবা ফাওবদা য়ৌরক্ত্রে। করিবু তৌরবনো, মশা ঙমদ্রব্রা হায়না নুংশা থীবা অমা পোকই। মৌপ্পানীপা থাদুনা য়েংহল্লুগদবসু নোং ঙানবদগী চখোকখিবদুনা হৌজিক ফাওবা হনজিল্লক্ত্রি। মমা-মপা অনীমক মচানীপাবু শাউনীংঙি; মচানুপীগী খল্লুবদনা মথৱায় ৱাজে, তৌফম খঙদে।

অঙাওবা মচানীপাদু মোটর বাইক্তুগা থেঙনা হনজিল্লকই। সুমাঙদগী লাউরকই।

"ইচে, নঙ শাউনুকো। থবক অমা চখোক্লুবদগী থেঙদোকখ্রে। ঙা হাউব্রাও?"

মপানা ইমুংদগী থোরক্লগা হায়রকই —

"নচেদু হৌজিক ফাওবা য়ৌরক্ত্রিনে।"

মচানীপানা মমিৎ-মনা চপ য়ুংখৎলদুনা খুল্লকই —

"হা?"

অদুদগী মখা তানা হায়রকই —

"লাক্লরোই - লাক্লরোই।"

"করিনোনে নঙনা হায়রিসিবো?"

"লাক্লরোইয়ে - লাক্লরোইয়ে। ঙরাং ঐনা বার্তোন তৌবা চৎলুবদা দক্ষিনা লৈরব্রা হংলকই। ঐনা ইমানা ফি মতুপ অমা লৈরে হায়না ফাগি তৌরম্বনি। 'ফি মতুপ পামজদে, অদু-অদা তৌগেদি হায়দ্রদুনা, লাক্লরোই' হায়দুনা শাউহৌবনি। ঐগী ফাগিদুদা অওইবা ওইরবোই নীংদুনা মাদি চাননা শাওখ্রেদনা। থেঙমল্লে, লাক্লরোই। ইমাগা পাবুংগা চাদ্রিবা নৎত্রা? চাক থিরো, চাথোক্লসি।"

মমানা ইমুংদগী নুংশা থীনা প্রপ-প্রপ থোরক্লগা হায়রকই —

"ইবুংঙো, নঙসি ওম্থোক্লা মথোঙ চাখিদ্রেদা! মতাং চাদনা করিগীসু ফাগি তৌরুরিবা?"

"চাক্লৌবগী দক্ষিনাবু অপাম্বা হেক খল্লদুনা! মতৌদুদা ফাগি তৌশিল্লুবা। পামসু পাম্মনখ্রেদা!"

ইম্ফাল

২৬/১০/২০০০

# গেলেন্টরী এব্বার্দ

দোং ! দং! দং! থেৎ ! .....!

নোংমৈ মখোন তাখি । অতাবশিং থরক হুনগৎনৈ। ঙহাক লৈরগা পাউ তারকই

"নুপী - অঙাং য়াওনা মী কয়া শিরে। সিফায়না মফম-মরাং খঙদনা মীরক্তা নোংমৈ পঙকাপ্তা কাপশিনবনি। মখোয়গী গাড়ীগী তায়ার পোকখায়বদা বোম পোকখায়রে নীংদুনা কাপ্পনি।"

সিফায়নদি হায়নরিবা পাউদু য়াদে। মখোয়দা বোম লংশিন্দুনা এটেক্ট তৌরকই হায়।

লমদম অসিগী মীয়াম্মা থৌদোক অদুগীদমক পেন্দবা ফোঙদোকই। মকোকথোংবা কয়াগী মফমদা আ য়ৌনা ব্রাকৎ কয়া থায়। মরান লৈজদবা মীচম কয়াগী পুন্সি মাঙহনবগীদমক লৈবাক হৌনা বন্দ ফাওবা তৌদুনা সিফায়শিংগী তমথীবা মীহাৎ অদুবু য়ানীংদবা উৎলি ।
সেক্যুরিতিগী মায়কৈদগী লালহৌবা য়াম্মা হাৎলে, লমদম অসিগী লালহৌ নমথবদা মখোয় তপ্না-তপ্না মায় পাক্লক্লি হায়দুনা লমদম তাম্মা লৈবা মখোয়গী মকোক থোংবশিংদা চে থায় ।
মথক থোংবা অঙম্বদগী চে লাকই —

"খ্বাইদগী মশীং য়াম্মা য়েক্লবা হাৎপা ঙম্বা সিফায় অদুগী মমিং থাগৎলকউ। মরৈবাক্কীদমক মথৌনা লৈনা মথৌ তৌবগীদমক গেলেন্টরী এব্বার্দ পীরগনি।"

ইম্ফাল

১০/১১/২০০০

# অমম্বদা

নুমিদাং পঙথেঙ থেঙদ্রি। নিংথমথা ওইরকপনা ঙন্তানা মী ইচৎ চত্তে। অমম্বদুদা হুইশেল খোংলকপদুদা মহাক সাইকলদগী কূমথৈ। অমুবা মমি অমখক মনাক্তা চঙশিল্লকই। হংলকই —

"কহাঁ সে আতা হৈ?"

"বাবুজী, বাজার সে!"

"দের সে ক্যোং আতা হৈ?"

"বাবুজী, ঐ বাজারদা দুকান ফম্বনি।"

' ও! নঙ মৈতৈলোন খঙবোইরে? ঐ কনানো খঙবরা?"

"খঙজদে বাবুজী"

'করি? করিগী খঙদে? ঐনা শেৎলিবসি উদ্রা? উদ্রগা মৈখেৎ খেৎলগা য়েংঙু। খুত্তা পায়রিবসিনা রাইফল! খঙদ্রিব্রা?"

"খঙজরে বাবুজী।"

"করিগী অমম্বদা থেঙনা চৎলি? নখোয়গুম্বসি থাজনীংঙাই ওইদে।"

অদুদগী অমদুগী সাইকলগী হেন্দলদা য়াল্লিবা বোরাখাউ অমনবদুদা মখুৎ হূমজিল্লি। ময়োম মচা অমা পুথোরকই। হংলক ই —

"সি করিনো?"

"বাবুজী, পৈশানি। ঙসি নোংমগী পোৎশিৎনি।"

"য়ারে, চৎখ্রো।"

'বাবুজী, পৈশাদু পীবিরো।"

"ইহে, ব্রা মখা তানু । উবরা, পায়রিবসি রাইফলনি, মসিনা কাপ্লবদি মী শিবনিকো ।"

"বাবুজী ........"

" ব্রা মখা তারনু হায়রেদনা। প্রপ প্রপ চৎখ্রো। পুবা য়াদবা পোৎ পুরম্মি হায়দুনা চার্জ তৌরবদি নুমিৎ কয়ানি জেলদা লৈনি খঙবরা? জেলবু নত্তেনে, খুদক্তা .... মসি উবরা?"

মাগী অরুম্বা রাইফলদুগী মতোন্দু উৎলি।

অমদু পেহৌ-পেহৌ সাইকল খংতোং তোংখৎখি।

ইম্ফাল

১৭/১১/২০০০

# মীনে মী

লৈবাক্কী লুচিং-পুরেন ব্রা-লাংকা অমতা ঙাঙদবমখৈ তুমিন আরাম চৌকি অমদা হিপ্লোই-ফম্বোই তৌরগা তরঙ-মালংদা য়েংদুনা লৈ। প্রাইভেট সেক্রেটরী মখুত্তা খবর চবুন অমা পায়রদুনা প্রপ-প্রপ চঙলক্লগা হায়রে —

" সার, ঙসিগী খবর য়েংবিরব্রা? খবরশিংসিদা হায়রিবসি —, লোইরে।"

"করি হায়রবগেনে?"

লৈরিবা ফিবম করিমতা হোংদনা খোনজেন শেংফাত্তনা য়াম্না ঈংনা হংলকই।

"সার, পূম্নমক্কী পেন্দবা পূম্নমক সরকারদা লোইনা তাইনরে। অদু তৌরে সরকার ....! অদা তৌরে সরকার ...! সরকার গী মথক্তা লোইনা .... !'

প্রাইভেট সেক্রেটরীগী ব্রা লোইদ্রিঙৈ মরক থৎনা খোন খরা কল্লপ্না হায়রকই —

"মখোয় পূম্নমক্কী তাইনফম ওইরিবা সরকারদুগী মরমদনি ঐনা খল্লিবসি। সরকারসি শোর হোল্লিব্রা হোন্দ্রব্রা হায়বা মফম খণ্ড্রে। মফম চাদবদা খিনবা খরূংগা চপ মান্নরে। ফিবমসিদবু অতোপ্পগী ব্রা চঙখিগদ্রা? হায়জসনু, লাউজসনু, ইজসনু। তাগদবনা তাবিদ্রগা লোইরে।"

"অদুদা সার, হয়েং তুংদা ..."

"হয়েং তুংদা হায়দি কৈনো ? ইশাগী পল্লেপফম খণ্ড্রিঙৈ মীগী কৈদৌনা খন্দোইনো? সরকারসিসু মীনিনে মী,মীনা শেম্বা!"

শাউরংননা হায়রকপনি। প্রাইভেট সেক্রেটরী ব্রা মখা তারমদনা তুমিন মপান্দা থোকখি।

কানচিপুর

৩০ /১১ /২০০০

# থৌরী চিংনবী

মশূনীপানা মবেন্দা মহাক্না অমুক্তা তাদ্রিবা ৱারী অমা লীবিয়ু হায়দুনা নিঙাই তৌরি। মবেন্না নঙনা তাখিদবা ৱারী অমতা লৈত্রে হায়দুনা লীয়ু য়াদ্রি। মশূনীপানা লীদবা য়াদে হায়দুনা নিঙাই কনশিল্লক্লবদা ঙহাক ৱাখল তৌরগা মবেন্না ৱারী হৌরকই —

"তারো-তারো, নঙ্না অমুক্তা তাদ্রিবা ৱারী অমা লীরগে। মথায় থায়না উমং অমদা য়োংজাউ খুল্লাকপা অমা লৈরম্লোইরে। মহাক্না নম্ফূ-হাফূদা য়োংশিংগী নিংথৌ ওইখিবনি। উমংদুদা মঙোন্দগী হেন্না হনুবা য়োংজাউ অমসু লৈ। হান্নদি মহাক্না উমংদুগী নিংথৌ ওইরম্বনি। হৌজিক্কী য়োং নিংথৌসিনা মীচঙ খোন্নগা হান্নগী নিংথৌদু মফম লৌথোকখিবনি। য়োং ময়াম্না খল্লি — 'হান্নগী নিংথৌ ফত্তে, হন্দক্কী নিংথৌসি ফৈ। ঐখোয়না হায়রিমখে য়াগনি।' য়াবসু য়াই, মনীং তৌহল্লি। মনীং তম্মল্লক্লবদা নিংথৌনা ক্রক ফাজিল্লি। মখোয়না হেক শাউবদা নিংথৌনা অমুক খরা কোমগোম থাদোকই। অসুম্না লৈরকপনা নোংমদি নিংথৌগী সেনাপতি অমনা নিংথৌগী মহুৎ শিনগে খন্দুনা মীচঙ খোম্বা হৌরকই। ঈরাংদু নিংথৌ খঙলকই। মাগী মীচঙ খংফা ফাজিল্লি। সেনাপতিনা খংচিং চিংঙি। মরক্তা য়োং ময়ামদো অমগী মমৈ অমনা পায়রগা খাঙঙি। মহে-মহে খন্নে — 'কনাগী মীচঙদা লৈহৌরগবু ফগবা!' খন্নরিঙৈ মমৈ তৎকে তৌবা য়াওরে। চিংবদি লেপ্তে। মীচঙ ফানবদা, য়োংমৈ পায়দুনা নাকল অনী চিংনবদা পূল্লাঙ হেক লাঙঙি উমং অদো — "

মবেনগী ৱারী মরক থৎনা মশূনীপানা হায়রকই —

"ৱারীদুদি ঐসু খঙঙি।"

মবেন্না ঙক্লা হংলকই —

"নঙদি করম্না খঙলিবা? কনানা নঙোন্দা লীবি?"

মশূনীপানা হায়রকই —

"খবরদা নুংতিগী য়াওরিসিদি!"

ইম্ফাল

৮/১২/২০০০

# মেঘদুত অমমুক

পোইনু থাগী লৌ-থৌবা নোংহৌ মপে-মপে অতিয়াদা পায়বা উরুবদা নহা ওইরিবা লুচিংবদো মপুক্লীং খঙশোন শোন্থরকই। মহাক্লা ময়ূমদা হন্দবসি থা ফাজিল্লক্কদৌরি। মহাক্লা চত্তবা নত্তে, চৎহন্দবনি। লুচিং-পুরেন্না মখোয় খরগী মরমচৎপু চিংনৈ হায়দুনা চেকপন্না চেৎনা খাজিল্লবা মফমদুদগী হেন্দোকহন্দনা থন্নকপনি। চেনগে হোৎনরুই। মায় পাকপা ঙমখিদে। ময়ূম নুংশিরকই। মশানৌগী চেংলৌ মশক উনীংলকই। উপায়দি লৈতবনিনা মথম্মোইদু ওন্থোক্লা চাক্লা খাঙডি।

লুচিংবা নহাদু সাহিত্যগী ছাত্র ওইরকই। অদুনা মখোয় অতৈদগী মপুক্লীং নৌবা হেল্লি। লৌ-থৌবা নোংহৌনা মখোয়গী ময়ূম্লোমগী মায়কৈ তম্মা পাইবা উবদা মহাকবিগী মেঘদুত নীংশিংলকই। মশামক যক্ষতুমক্লি খল্লকই। অপাইবা নোংহৌবু চিংনা য়েংলগা নুংশি-মপাউ পীরকই —

"হে অপাইবা নোংহৌ-ও! নীংতম্লবা লমদমসিদা পোক্লবসু ঐদি নঙগুম্না ইনীং তমজবা ঙমদ্রবা তোল্লবা থরায় অমনি। লৈবাক্কী সেবাগীদমক চোংথোক্লুবা অসিনা ইশাগী ইখোঙদা য়োৎহিং থাংবা ওইনা থোক্লুরে। ঐগী ওইবী মহাক্কী চেংলৌ মশক উদবা থাবুম অমা ফারক্কদৌরে। থুনা হল্লক্কনি হায়রম্বনি। মানা করি খল্লমগনি ? চীন থীবা, থাজনীংঙাই লৈতবা মীনি হায়রম্লনি। হে নোংহৌ-ও! ঐগী ইপাউ পুদুনা ঐগী অশেংবা ফিবমসি নুজা ওইবী মঙোন্দা তম্বিরু। ইশানা যাদনা ঐবু ফাদুনা থম্বনি খঙহনবিরু। মফমসিদা ঐ মাবু কাউঙমদনা লেল্লি হায়বিয়ু। ঐনা হল্লক্লিগৈ অতোপ্পা নীপা কনাগা চেংলৌ-মায়ওক্লরুনু, নুংশি-মিৎচানরুনু হায়বিয়ু। ঐগা মাগা তাম্নরিবসি নকশিন্নবা লুচীং-পুরেনগী মফমদা হায়জ-নোনজ ব্রাহৈগী ব্রাকৎ অমতং থারকউ হায়না পাউদম্বিয়ু। মহাক্কী হায়জ-নোনজ ব্রাহৈগী ব্রাকৎ অদু নোঙ্গৌবীনা নোংমদোন লাইজ ঙাইবগুম ঙাইহৌরি হায়না নুজা নাপদা তম্বিয়ুকো হে নোংহৌ-ও!"

মপাউ অসি পীনা-পীনা লুচিংবা নহাদু মপি ঈরা চেল্লকই।

কানচিপুর

১৩/১২/২০০০

# অরোইবা নুমিৎ

লৈবাক অসিদা থোক্লিবা থোকহন্নীংদবা থৌদোক-ৱাথোক, ঈরাং ময়াম অসি অমুক্তংদি থোকহন্দবা ঙন্ত্রা য়েংগে হায়দুনা কুইনা লাইনীং পরে চেৎলক্লবা মায়চৌ অহন্না মালেমগী চহীগী অরোইবা নুমিত্তা লমদম অসিগী পূংময়োন ওইরবা সনা-কৈথেনগী ময়ায়মক্তদা তমগী শলাই তরেৎকী পিবারেনশিং, চীংগী কাঙলুপ খুদিংগী পিবারেনশিং, য়াইতোং-খমদোংবা, নুপী-অঙাং, খোঙতেক-মিত্তাঙ পূম্নমক শুনা তিলহল্লগা লমদম অসিগী হামচৎনরবা থৱায়-মিরেনবু মিকোন-থাগোন্দুনা ঈরাৎ-চাবানগা লোয়ননা শকউদবা মাগী মফমদা থৌনিজৈ। লৈবাক-মীয়াম মমাঙদা মায়চৌ অহন্না লৈবাক্কী য়াইফনবা হীরী কোন্দুনা লাইৱা-মন্ত্র শোল্লকই —

"হে তাইবঙ মপু গুরু শিদব-ও! গুরু নঙনা কোনবা লমদম অসে লৈবাক মরা তপত্রে, ঈরাং মপান শারে, শক্তি মুন্নবদা লৈবাক সলাক শারে, বন্দ-ষ্ট্রাইক্না ৱাই চাইরে, মীহাৎ-মীপুন তোয়রে, মীশি-মীনা য়াম্মে, তৌনীংবা মনীং তম্মে; অসুম্না পূম্নান থাদোকপা কুমজা মশীং য়াম্লক্লে। হে গুরু ! নঙগী শারোয়-ঙারোয় ঙম্ন মক তাশিন-খোমজনিবিদুনা ঙসি কৌবা নোং মালেমগী চহীগী অরোইবা নোংজাসিদা তানীং-উনীংদ্রবা থোক্লিবা-উরিবা-তারিবা পূম্নমকসে অরোইবা ওইহনবিরো। হয়েংগী ইনুং ঙানবগী কৌরৌগী অনৌবা মশেক-মঙানগা লোয়ননা য়াইফ-থৌজাল পীনবিয়ুকো হে গুরু ! হুঁ ক্লিং শ্লিং খাইনরসে, লোইনরসে শেৎ ফৎ থৎ তৎ ... "

বোং !

সনা কৈথেনমক্তদা বোম পোকখায়রে, মীশি-মীনা য়াওরে হায়দুনা ৱা-ৱা লাঙনৈ। হীরী চেৎনা কোল্লিবা মায়চৌ অহন্না মমিৎ চেজেৎ উইশিল্লগা হায়রকই —

"শকউদবা গুরু মানা কুবিরে। মসিনা অরোইবা ওইরদৌনি। ঙসি কৌবা নোংসিদা চরা হেনগদবা, বন্দ-ষ্ট্রাইক তৌগদবা, শিগদবা-নাগদবা, শক্তি মুন্নগদবা, পেন্দবগী ৱাকৎ থাঙ্গৎকদবা তৌনীং-তৌনীংবা তৌহৌরো। ঙসিনা অরোইবা নুমিৎনি। হুঁ হয়া হে ...।"

ইম্ফাল

৩০ /১২ /২০০০

# য়াদবা লৈতবা শিনফম

"তাইবুংঙোবু নমস্তে ! ননাউনা ভক্তি কৎচরি।" মহাক্না মখুৎ লোন্নরগা হায়রকপনি।

"ইবুংঙোবু নমস্তে !" অহন্দুনা মহাক্কী ভক্তিদু ওকই, অদুগা মখা তানা হায়রকই —

"করম-করম তৌরিবা ? পাউসি জাৎ-জাৎ য়াম্না তায়দা।"

"তাইবুংঙোনা তাবিরিবশিংদু অচুম্বা ঙাক্তনি। লৈবাক অসি য়াদ্রে। খরা মথক-মখা ওন্দবা য়াদ্রে। কুমহৈ য়েংবিয়ু, মথং মথং য়াম্না তৌরক্কদৌরি।"

"মথক-মখা ওন্থোকপদুদা মখাদা নন্দুনা তোক্কনিকো ইবুংঙো ।"

"মদুগী ৱাদি তাইবুংঙো, ননাউদি মথক্তা থংদৌরিনি।"

"মীনা অসুম নিনফুং-নিনফুং ঙাঙনবসিবু ? পুল্লপ ফল্লক্কদৌরিব্রা ?"

"তাইবুংঙো, মদুসু ওইথোকপা য়াই। ঐখোয়গী শিন্‌ফমসিদা য়াদবা হায়বা অমতা লৈতে।"

অমুক্তুং কল্লক পেন্না হায়নীংবা, মতাং চাবা মতম ঙাইদুনা লৈরকপনি। মতাং চারিঙৈ অহন্দুনা খংহায় হায়রকই —

"ইবুংঙোহোয়গী ইশা-ইশাগীদা ময়েংবসিদা লৈবাকসিদি লোইরেনে।"

"লোইরোই তাইবুংঙো, ঐখোয় লৈরিমখৈ লৈবাক লৈখিনি।"

"ইবুংঙোখোয়গী খুত্তা লৈবাকসিগী লৈঙাকসি লাক্লবদি — ?"

"মদুদনি ঐখোয়না পাল্লিবা। মদুদা ওইনবা শীল্লিবনি। ঐখোয়না মখোয় হেক ওইবদা মখোয়না ঐখোয় ওইগনি। মসিনা লৈবাকসি লৈরিবনি তাইবুংঙো।"

অহন্দুনা শাউরপ হায়রকই —

"লৈবাকসিবু ইবুংঙোহোয়না তৌনীংবদা তৌবা য়ারবরনে ?"

"তাইবুংঙো, ঐখোয়গীসিদি য়াদবা হায়বদু লৈতবা শিন্‌ফম্নিনে।"

অহন্দু ব্রারৌই, শাউনা চৎখি। অমদু মোমোন নোক্তুনা লৈহৌই।

ইম্ফাল

৫ / ১ / ২০০১

## তানজা অমা

অথেঙবা অহিংদুদা খঙহৌদনা হৌরকপা মৈদুনা লিন নিঙোন সুরসাগী মতৌগুম পুন্সি-কৈথেনবু থাজদনা পূময়োৎ য়োৎশিনখ্রে। দুকান অমদি পোৎ-চৈ পূম্নমক মৈখাক-তাঙ্গোই ওনখ্রে।

থাজদনা থোকখিবা থৌদোক্লি।

মীওই কয়া অমনা কুমহৈগুম য়েংলি; ৱাবিবসু কয়া অমা য়াওরি। মপোৎ-মচৈ পূমচাক চাকখ্রবা, খুদোংথীবা নংলবা মীশিংদুগী মতৌ য়েংবদা অৱাবগী মশক্লি। য়েংহৈবা নত্তে।

মতম কয়াগী মমাঙদগী পুন্সি কৈথেন্দবু মিতাজনা য়েংদুনা লাক্লিবা নীপাদুসু থৌদোক্তুবু য়েংবা লাক্লি। থাপ্পপ লেপ্পগা য়েংলি। মখুৎ য়েত্তুনা কংলপ তৌবা মবুক্তুদা তপ্পা-তপ্পা নাল্লগা লাকমিন্নবা মরুপ্তুদা শোন্থাংননা হায়রকই —

“খুদোংথীবা নংলিবা মীওইশিং অসিগীদমক্তদি নুংঙাইতে। অদুবু হন্দক্কী মৈ অসে তানজা অমনি।”

লাকমিন্নরিবা মরুপ্তু খুমদে, হায়রিবদুগী অর্থদি খঙডি। হায়রক্লিবা মরুপ্তুদা ফল্লপ য়েংঙি।

কানচিপুর

১৬/১/২০০১

# অয়াবা

লমদম অসিদা বন্দ তোয়শিল্লকপসিদা সরকার পায়রিবা অঙম-অথৌশিং মকোক চিকশিল্লকই। বন্দ থিংনবা ফনা হোৎনৈ, অদুবু ঙমদে। কনা অমত্তা বন্দ সপোর্ট তৌবা য়ারোই হায়না হায়না বন্দ হেক্তা মায় পাকখি। লমদম অসিগী মীশিং অসিসু বন্দসিদা হৈনবী অমা লৈরে। তশেংনা বন্দ এদিক্ট ওইরে। মী অমনা খুদিং থীবগীসু, মখোয় মঙা-তরাগী মনীং থুংদবগীসু বন্দ হেক্তা মকৌই। ওইরক্লিবা ফিবম অসিদা সরকারগী কেবিনেটনা মুন্না খন্নরে, অদুগা ওর্দর থোরকই —

"লমদম অসিগী মীশিংগী অপাম্বা মতুংইন্না সরকার অসিনা বন্দ তৌবদা অয়াবা পীরে। তৌবতবু বন্দ নোংমাইজিং নুমিত্তদা তৌবা য়াগনি, অতৈ নুমিৎশিংদদি য়ারোই।"

ওর্দর অসিগী মতাংদা সরকারগী মায়য়োক্তা লৈবা পার্টিশিং নুংশা খরা থী। মখোয় মশেন চূংশিন্নে, ব্রা খন্নে।

য়াম্না থুনা কর্ম্মচারী য়ুনিয়ন্দগী ব্রাফোঙ-চে অমা চাইথোরকই —

"বন্দগী মতাংদা সরকারগী মায়কৈদগী হন্দক থোরক্লিবা ওর্দর অসি ঐখোয় য়াবা ঙম্লোই। মসিদি মীয়ামগী রাইট মৎপনি। মীয়াম্না মানা-মানা পামজবা নুমিত্তা বন্দ কৌবা য়াহনগদবনি।

ইম্ফাল।

২০ /১ /২০০১

# য়েংহৌদনা লোইখিবা

তম্নবা লাইরিক্কী পারাদা রিপল্লিক-দেগী থৌরমগী মতাং য়াওরম্বদা পুংকক চাউরবা মচানীপানা মপাদা রিপল্লিক-দে য়েংনীংঙি হায়না তত্তনা হায়। মপানা মশামক ওফিসার মচা অমা ওইজবনিনা মহাক বার্ত্তোন ফংগনি, মদুদা শোয়দনা পুক্লিগনি হায়। মচানীপা মতম পূম্নমক্তা রিপল্লিক-দেগী কুমহৈ য়েংবগী আশাদা নুংঙাইদুনা লৈ।

রিপল্লিক-দেগী নুমিৎ য়ৌরকই। অদুবু নুমিত্তু বন্দ তৌবনা কনামত্তা য়েংবা থোকপা য়াদ্রে। রিপল্লিক-দেগী কুমহৈ য়েংনীংবগী আশাদা নুমিৎ ঙাইজরক্লিবা মচানীপা মথল্লায় নুংঙাইতে। মপানা মতুংদা য়েংবা ফংবগী তানজা লাকখিগনি হায়দুনা মচানীপাবু থেমজিল্লি। তানজাদুদা চাকশঙদা চাক থোংলিবী মমানা করি নীংশিংলক্লবনো খঙদে, ঈশৈ মতেক অমা খঙহৌদনা শক্লকই —

"অমুক্তং লাকপা রিপল্লিক - দে
য়েংহৌদনা লোইখিবা
হা কল্লকই-কল্লকই — দে।"

নুংশুক-নুংজাননা লৈরিবা মচানীপানা খুল্লকই —

"ঐনা য়েংঙোই য়েংদবরা
পাপানা য়েংহন্দবগী
হো য়েংদবনে — দে।"

মপাদুসু থায়নঙৈগী মতম নীংশিংলক্লমানে, শৈহেক নাইনা খুল্লকই —

"নপা ঐনা নত্তেনে
বন্দ তৌবা মরম্না
হো য়েংহন্দবনে — দে।"

ইম্ফাল

২৬ / ১ / ২০০১

# বন্দপুর

যমরাজনা চিত্রগুপ্তগা ৱারী শার-শারদুনা মালেম অসি মথং-মথং অসুম কোয়রকই। মমাঙ৙ৈগা মান্নদ্রবা মালেম অসিগী ফিবম, মরুওইনা মালেমসিগী মফম কয়াদা কাচিন-কোইয়া খুদিংদা হাৎন-শুনবা তোয়শিল্লকপদা সর্ভে অমা লাকপনি। নোংপোক-নোংচুপ, খা-ৱাং, চৎপা য়াবা মফম চৎলুরে। খোঙচৎ অসিগী অরোইবা মফম ওইনা মণিপুরদা থুংলবনি। থুংলবা নুমিত্তুগী বন্দ তোয়মনখিবনা নীংথিনা সর্ভে তৌবা ঙমদ্রে। অচৌ-অচৌবা সহরগী ফাইব ষ্টার হোটেলদফাও পল্লক্তবনি। অদুবু মণিপুর য়ৌরকপদদি বন্দনা মপান থোকপা য়াদদুনা তঙাইফদনা কাবকপা হোটেলগী কা মনুংদা ওইনা অদুম তৌরে। যমরাজদি মপান্দা থোক্লগা থৌদোক-ৱাথোক, অশি-অনা মমিৎমক্ল া উনীংবনি। অদুনা পন্থদুনা লৈর্বনি। চিত্রগুপ্তদি ময়ূম থাদোকপা কুইরকপনা থুনা হন্নীংলে। হল্লসি হায়দুনা যমরাজদা তত্তনা ঙংলে। যমরাজনা হায়রকই —

"চিত্রগুপ্ত ! নঙনা য়াম্না চৎনীংলবনিনা হল্লসি। অদুবু ঐনা লমদমসিদা লাক্লম্বগী খুদম অমতংদি থল্লমসি। ঐ লমদমসিগী মমিং অমা থোল্লমগে খল্লি।"

চিত্রগুপ্তনা খঙনীংনা হংলকই —

"যমরাজনা লমদমসিবু করি মমিং থোনবিনীংবগে ?"

"বন্দ অসুক তোয়বা লম মালেমসিদা অতৈ অমা থেংনদে। অদুনা হয়েং চারোন-শূরোন ফাওবদা নুমিৎ-থানা লৈরিমখৈ লমদম অসি 'বন্দপুর' হায়না খঙনহৌরসনু।"

চিত্রগুপ্তনা মখা তানা হংলকই —

"অদুদা যমরাজ ! লমদমসিগী মীশিংসিনা শাউরোইদ্রনে ?"

"করিগী শাউবা ! অশেংবা হায়ববু শাউবা হৌনৱা ? মাঙলমচত্তা শান্তদাসনা ৱাত্ত-পাদবা মণি লৈবা লমনি, 'মণিপুর' থোনসি হায়জিনবদদি হৱাউ-হৱাউ য়ারগা ঐনা থবক্কা চানবা অচুম্বা মমিং থোনবদা শাউফম থোক্তে। ঙসিদগী পোইরৈ লমদম অসি 'বন্দপুর' হায়না খঙনহৌরসনু।"

"যমরাজগী য়াথং লেম্না মাঙফরোই।"

চিত্রগুপ্তনা য়াম্না চীং-লেম্না হায়রকই। অদুদগীদি যমরাজগা চিত্রগুপ্তগা হোটেলগী কাদুদগী স্বাই মাঙখি।

ইম্ফাল

১ /২ /২০০১

# ঙাইজরকপদো

"লৈমা ! হো মমা লৈমা, নঙবু তারিব্রা ? কদায়দা লৈবগেনে ? নুংঙাইরে-নুংঙাইরে, ঐ পূমপেন পেল্লে। ঙসিগী নুমিৎসিদনি ঐনা মতম কয়াদগী ঙাইরল্লিবা !"

ৱা ঙাঙনা-ঙাঙনা ইমুংদা চঙলকই।

"নুংঙাইরে-নুংঙাইরে, ঐনা থোইনা হেন্না নুংঙাইরে। ৱাজমনগী মহৈ চারে। লাইবক্তবু তন্নবদি সিনিদো মায়-পাবুং ! অহান-অকোনগী ৱাদনি।"

ঙাঙনা-ঙাঙনা চাকশঙলোমদগী থোরকই।

"মসিদা ওইরক্লবা হোৎনবদা কয়াদবা ৱাখ্রবা ! নোংমা-নীনিসিদি থম্মোইসি থক-থক নিকই, শোয়রদ্রা হায়দুনা । ঙসায় অয়ুক ফাওবা থৱায়সি ৱায়। ঐনা নীংখিবা লাই মখনসি শুরবনি। হৌজিক্তা নে হেক তাই। নীপামচাগী অমুক্তং হায়দুনা, নীংবা ফাওবদি থুংলে। উচিন-নাচিন্না ৱাশকহৌরে। হয়েং অয়ুক অমুক কায়খ্রফাও য়ারে। লমদম অসিগী ইতিহাসতা মখোয়গী মিং পরেংদুদা ঐগী মিংসু য়াওরনিদনা হৌজিক্তি। হ হ ..."

নোক্লা-নোক্লা সোফা ফজবদুদা ঙেক ফমথৈ। মাগী নুপীনা মমিৎ-মনা চপ য়ুংখৎলদুনা হায়রকই —

"করিনোনে মায়-পাবুং ? হয়েং অয়ুক কায়খ্রফাও য়ারেকা হায়না ! হায়হৈদেকো, চীন্দুং ইন্দুনা তোক্কনি। লৈঙাক মপুগী বঙ্গলো অচৌবদুদা অহিং অমতদি লেকমিন্নরুখিনি কৈনো। ঐসু মঙ মঙজরল্লিবা কুইরবনি। ঐগীসু খরা মখনবিয়ুদা। নুমিত্তু ফাওবদংদি মকায়-মকায় তৌদনবা করি মোইথেম্লো তৌরগা অমুক্তদি ফাজিনবিখোদা মখোয়দো।"

ৱাফমসি হায়বগা লোয়ননা সোফাদা মহাক্কী ওয়দা ঙেক ফমথরকই। মহাক্লসু মঙোল্লোমদা হাইফেত্তং য়েংলগা মোমোন নোকই।

ইম্ফাল

১৫ /২ /২০০১

# নোংমা হেক

হন্দকসি মপুরোইবগী মায়থোঙদু য়েংবা কয়া নুংঙাইতে। মায়থোঙ মকা লামদে, নুংশুক-নুংজাননা উই। উবা নত্তে, তশেংনা নুংশু-নুংজানরবনি। মরমসু খঙঙি নোংমা-নীনি লৈরগা ফরক্কদবোই খল্লুবনি। ফরকপদি হায়রুনু, হেনজিল্লকপগুম তৌই খঙ্ঙুদ্রবদি হংবসু ময়াবনি। খঙলবনিনা করম্না হংলুনি। হংলুরগা খঙনা-খঙনা হংগ্নি হায়দুনা শাউরকপা য়াই। অশাউবদুনা হেন্না মথৱায় নুংঙাইহনখিদবা য়াই।

থাজদনা ওইরক্লিবা মচানীপাগী মতৌদুদা মমাদি ওন্থোক্লা নুংশা থীজরে। মতম কুইনা মন্ত্রী ওইরক্লবা মচানীপানি। তানশিনবা য়াবা মরন তানশিল্লবনি। অৱাৎপা করিব লৈরিবগে ? করি মনীং থুংদবা লৈদুনা অসুক নুংশুক-নুংজানরিবনো ? হন্দক মন্ত্রী ওইবা খংতোক তোকপদুদা তৌরিব্রা ? মন্ত্রী ফমদৈ তাবদি মহাক মতোমতা নত্তেনা ! মখোয় পুল্লপনি কৈনো ! মমৌনুপীদি খঙলমবা য়াই খন্দুনা তুমিন্না হংজে। মমৌনুপীন খুল্লকই —

"মুখ্য মন্ত্রী অমুক্তং ওইগে খন্দুনা হোৎনরক্লিবসি কুইরবা ! মাবু ঈশ্বুরমল্লগ থাজদনা মীনা ওইথোকখ্রে। মতম কুইনদগী লুমদুনা লাক্লবনি। মীগীদি মরাইবক থম্বান শাৎখ্রে; ঐখোয়গীনা লোংনা তাহৌরে। অদুননি ইমা !"

মমানা ইচম চম্না হায়দোরকই —

"মাসু নোংমা হেক ওইরগা লোইরদুবু ... ।"

ইম্ফাল

২৩ /২ /২০০১

# ইকাইখ্রেদা !

নোংমা-নীনিসি মচানীপাদু শাউবনা ফী-ফী কাম্মি। মপা-ইবুংঙো মচানীপানা শাউবগী মরম খঙঙি। অদুবু মহাক্না ঙম্বা নত্তবনিনা তুমিন্না লৈ।

খবরদা মচানীপাগী ফোটোগা লোয়ননা ময়েক অচৌবনা ইরকপদু থৱায় য়াওনা পারুই। পাবা লোইরগা মচানীপাদা ঙক্না হংঙি —

"ইবুংঙো, ইপাবু নঙনা তৌরিবসি করিনো খঙবা ঙমদ্রে।"

"করি তৌরবগে পাবুং ?"

"ঐনা হায়বদি, ঙরাং ফাওবা অদুক লুনা তিন্নরমখ্রবা মরুপ-মপাংশিং অদুবু নহাক্না ঙসি খবরসিদা অসুক শাথীনা মরান শীরিবসিবু কয়া য়াম্না চুম্বা জাৎনো ?"

"ঐখোয়গীসি পাবুংনা খঙঙোই। মসি রাজনীতিনি।"

"মরুপ-মপাং চঙহাৎ-চঙহাৎ হাৎনবসিখক্তনা রাজনীতি ওইরব্রা ?"

"পাবুংনা খঙঙরোইয়ে। তুমিন অদুম কুমহৈ য়েংবিয়ু। মখোয়খক্তনা মন্ত্রী ওইবা য়াবরো ? ..."

মপা জ্ঞান খংতা তাই, হায়রকই —

"ওঃ - ওঃ ! ইপা খঙঙে । মন্ত্রীগী মহাউ কাউবা ঙমদ্রবা ইচানা তৌবা চুম্মি। অনৌবা মন্ত্রি-মণ্ডলদা য়াওহন্দবদি চুমদেদনা। মন্ত্রি ওইদ্রবদি লৈবাক্কী সেবা তৌবা য়াদ্রবা লমদমসিদা রাজনীতিৱালাগী মপা ঐসে ওন্থোক্না পঙঙুইদকো । সিফাও খঙঙুদ্রবা ঐ, ইস ! ইকাইখ্রেদা !"

ইম্ফাল

২ /৩ /২০০১

# হৌজিক্কী মতমসিদা

"হে নীপা ! হয়েংদগীদি ঐ নঙবু থাদোক্লগা চৎলগে । ঐনা নঙবু য়াম্না ওৎলম্লে। ৱারৌগনু।"

মকোক মরু ইফা ফাবা, ময়াঙ কংত্রিক কংবা, ফদী-ফরা শেৎপদুনা হায়রকপনি।

"হুম, চৎখিনু।"

অমদুনা খুম্বনি। মহাকসু ময়াঙ কংঙি, মফি-মরোনসু অফবা শেত্তে।

"ঐগা লৈমিন্নবসিবু নুংঙাইবরনে ? খরা নুংঙাইজরো হায়বনি।"

"হান্নদি নঙসি নুংঙাইরমদে, য়াম্না শাউনীংলম্মি। হৌজিক্কী মতমসিদদি নঙগা মরুপ ওইবসিমুক ফবা অমা লৈত্রে। চৎখিনু, লৈমিন্নখিসি।"

"ঐগা লৈমিন্নবসিবু ৱাদরো ?"

"ৱারবসু মসিদা নুঙাইবা অমা য়াওরি। ইশাগী ওইজ-থিবগী ৱাফমসুনি।"

"ঐনা হায়বদি নঙ ৱামল্লে, অমুক্তং নুংঙাইজরো হায়বনি। নীংশিংলিবরা ? নোংমা নঙনা অমুক্তং নরাইবক য়েংগে খন্দুনা লুপা অমা পীবা চিঠিখেলাগী টিকেৎ অমা লৈখিবদায় ! চিঠিখেলাদু ঙসি শান্নগদৌরিবনি। অহানবা মনাদু নঙোন্দা ফাওহল্লগে। হন্দক্কী মতাংসিদগীদি নঙ নুংঙাই-য়াইফবা হায়বদো ওইজহৌরো।"

"নত্তে-নত্তে, ঐ মদু পামজদে। হে লাইরবা কৌবা মরুপ ! কুইনা লোয়নরক্লবনি। পুন্সি চুপ্পা থাদোক্লরগুমসি। হৌজিকসিদি লাইরবা নঙগা মরুপ ওইবদনা মফরে। মীনা মপান খজিক্তং ফবা, অরং-অরাক খরা লৈবা উবদা দোনেশনগা দিমাগুগা ... ! মদুগী চৈথেংদু ঐ পামজদে।"

"ঐগা লৈমিন্নবদি নপুন্সিদু ৱায়। অমুক শাউরক্লোইদরো ?"

"শুকশাউ শাউজরোই। নঙগা লৈমিন্নবদা চরা নামতা চারবসু, ইনীং থুংবা ওমদ্রবসু অহীংদা পুক্নীং লৈতানা তূমবা ফাওবদদি ফংঙি। হৌজিক্কী মতমসিদা ঐনা পাল্লিবসি মদুতনি।

ইম্ফাল

২০/৩/২০০১

# অখঙ-অহৈ

জগোই-ঈশৈগী শীংথানীংঙাই ওইরবা থৌরম অমা চথখিবি। লমদমসিগী মশক নাইরবশিং, মচীন তোঙবশিং, কলা-বিদ্যাদা খল্লায় য়াওজবশিং কয়ানা থৌরমসিগী ভাবোক ওইরি। ভাবোকশিংগী মরক্তা লমদমসিগী কলা খুদিংমকপু য়াম্না পামজবা চাউথোইসনাসু য়াওরি। থৌরম খুদিংমক্তা মথল্লায় য়াওজখ্রবা, চিংখ্রবা লৈতবা চাউথোইসনানি।

শক্লাইরবী কলাকার অমগী জগোইগী মতাংনি। জগোইদু নুংঙাই হায়বা তাই। কনামত্তা চেক-মোক লাউনদে। যন্ত্রশিংগী মখোন নত্তনা করিমতা তাদে। পুম্নমক তুমিন-তুমিন য়েংলি। জগোই শারিবী কলাকার লেপ্লা-লেপ্লা নোমহৌ-নোমহৌ জগোই শারম্বদগী ভক্তিগী মওংদা খুথেক-শাথেক তৌরদুনা নোম্লরকই। কলাকারগী শাথেক্তু উবদা জগোইদু লোইশিল্লে খন্দুনা চাউথোইসনা খূবাক খূই। তুমিন-তুমিন জগোই য়েংলম্বা অখঙ-অহৈ ভাবোক কয়াদু চাউথোইসনাগী মতুং ইল্লদুনা মথং-মথং খূবাক খূনরকই। খূবাক্কী প্রোক-প্রোক হায়বা মখোন্না হোলদু পূমনিল নিল্লি।

কলাকারগী জগোইদুদি লোইরমদ্রি। য়াম্না ঈংনা-চিক্লা মখা চথরকই। ফনা কুইনা মখা চথৈ। লোইরকপদা মখুৎ লোন্নদুনা ময়াম্বু খুরম্বগী শাথেক তৌরদুনা মঙক নোল্লি। কনামতা চেক-মোক লাউনদে।

শরক খরা শিরবা মতুংদা ভাবোকশিংনা জ্ঞান তানা খূবাক খূরকই।

ইম্ফাল

২৯/৩/২০০১

# ঐ খঙজিনজরে

খুদক্কী ওইবা মীয়ামগী ওইবা অথুবা মীটিংনি।

মীটিং অদু শীল-লাংলিবদু হৌজিক-হৌজিক হায়স্কুল লিভিংগী পরীক্ষা থারিবা কেন্দিদেটশিংগী অহল-লমনশিংনি হায়না তায়। হায়রুবদা মাই হায়গন্দবা, থবক খরা কোমতক তৌবা মন্ত্রী অমসু চিফ গেষ্ট ওইনা শীল-লাংলিবশিংদুগী মরক্তগী খরনা পুদুনা লাক্লে।

মীটিং হৌরে।

চিফ গেষ্ট ওইরিবা ইকাইখুম্নফম ওইরবা মন্ত্রীজী মীটিংদু করিগী তৌরিবনো খঙদে। মীয়ামগী ওইবা মীটিংদা চিফ গেষ্ট ওইয়ু হায়বদুদা হেক্তা হরাউ-হরাউ লাকপনি।

মীটিংদা মীওই কয়ানা মথং-মথং ব্রা ঙাঙখি। মখোয়না ঙাঙলিবদু হৌজিক চত্থরিবা হায়স্কুল লিভিং পরীক্ষাদা পরীক্ষা থারিবা কেন্দিদেটশিংগী মতেং পাংবা থিংবা অমদি মপান্দা খোঙবান চেল্লিবশিংদা সিফায়না শা-শন্দৌনা কোয়তান তানবা অসিবু য়ানীংদবা ফোঙদোকপা ঙাক্তুনি।

ময়াম্মা ঙাঙলিবদু তানা-তানা মন্ত্রীজীনা মহাক্কী ভাষণদা মহাক করি হায়না ঙাঙসিগে খল্লি। মতাং য়ৌরক্তুনা মহাক্কী ভাষণ হৌই। মন্ত্রীজীনা হায় —

"অমগা অমগা মতেং পাংনবা হায়বসি সমাজ অমগী তঙাইফদ্রবা, তৌদবা য়াদ্রবা থবক্নি। হীরম খুদিংমক্তা মতেং পাংনগদবনি। পরীক্ষাদসু মতেং পাংনবসি ঐগী মোত্তদি কায়দবরা হায়না খল্লি। হায়বদি মতেং অদুনা কেন্দিদেট অদু পরীক্ষাদা মায় পাক্কদৌরিবনি। ঙসি মীয়াম্মা পাম্বিরিবসি করিনো হায়বদু ঐ খঙজিনজরে। ব্রাফম অসি ঐনা কেবিনেটকী মীটিংদা পুথোক্কনি। চিফ মিনিষ্টর, ইদুকেশন মিনিষ্টর, দরকার লৈরবদি অতৈ মিনিষ্টরশিংগসু মাঙজৌননা উন্নদুনা ব্রাফম অসিগী মরমদা ব্রারী শানগনি।"

মীয়াম্মা খূরকপা খূবাক মখোন ফনা কুইনা তাবা ফংখি।

ইম্ফাল

৬/৪/২০০১

# হোটেল ৱারী

খুল্লক্কী হোটেল অমদনি।

অয়ুক্কনি।

চাদি গিলাস অমমমতনি থক্লিবা । মদুসু থকপদি ঙসাইনা লোইখ্রবনি। মখোয়না ফল্লিবা ফম্ফমদুদি থাদোক্ত্রি। খবর পারি, ৱারেম ঙাঙলি। মসি নুংতিগীনি। মখোয়গী হৈনবীনি। হোটেলগী ঐজ্ঞা করিসু হায়জদে। মঙোন্দদি হাউমু-হাউমুনি।

খবরগী অহানবা লামায়দা ময়েক অচৌবনা য়াওরম্মি —

"লায়েংশঙগী পোৎ লৈদনা শেন হৈনথোক্লম্বগী ডাক্তর খবা য়াওনা মীওই কয়া পুলিসনা ফারে।"

ঙসিগী হোটেল ৱারী মদুনা ওইরে।

মানা-মানা থোকপা মা-মাগী অনীংবদু হায়নৈ। ডাক্তরশিংবু থীনা-থীনা চৈ। অশোন-অনা কয়াবু লায়য়েংদুনা মীওইবগী সেবা তৌরিবা ডাক্তরনবু শেনজা-থুমজাগী কোমদা পুখরবা ! তুক্কজৈদা ! সিনি হায়নরিবসি। অমখক্লা ময়েক শেংনা হায়রকহ—

"ওফিসার, কেরানী, ইনজিনিয়ার, মন্ত্রীনচিংবনা শেন চাবদি চাবনি। মনাৎকীনি। ডাক্তরনবু শেনজা-থুমজা তৌরবা ? মশানা মশাগী থাজবা মাঙহল্লে। ডাক্তরগী শিনফম থাজনীংঙাই ওইদ্রে। তলবকী মথক্তা লন্নাই লায়য়েংমন ফংলিবমক্কেদা পেন্দ্রবকো ! লৈবাকমচাশা ! লৈবাকসে মওং অমা তৌরবনি। ডাক্তরনা অনা-লায়েংশঙগী শেন লান্না শীজিন্নরম্বসে উপদ্রবনি। তৌহৈদবা থৌদৌনি।"

মানা-মানা হায়নীংবা পঙহায়দা হায়নৈ। কনানসু হন্দক্কী মতাংসি ফনদি হায়নদ্রে। ফল্লিবশিংদুগী মরক্তা মচানীপা ডাক্তর ওইবা অহন অমখকসু য়াওরি। মহাক্তি তুমিন তায়। তাবমখৈ তারগা মহাক্লা তপ্পা হায়রই —

"করিনোনে হায়নরিবদুবো ? ডাক্তরসু মীনিনে !"

ইম্ফাল

১০ /৪ /২০০১

# থবক হৈবগী মনা

সরকারগী মাথ্নকৈদগী অখ ন্নবা মনা পীবগী থৌরম অমা শীন-লাঙলি। মনা ফংগদৌরিবশিং হরাওই। হেন্না হরাওরিবনা মনা অদু পীননবা শীন-লাঙলিবা মন্ত্রি-মণ্ডলনি।

মনা পীবগী থৌরমদুদা অথোইবা অতিথি ওইনা তাংবন্দা ফল্লিবা রাজ্য অসিগী মুখ্য মন্ত্রীনা মনা ফংগদবশিংদা মনা পীদ্রিঙৈগী মাঙজৌননা শেন-থুমগী মন্ত্রীনা তিল্লিব মীয়াম্বু ওকপগী ভাষণদা মনা পীবগী মরম অসুম্না মীয়ামদা খঙহল্লি —

"ঐখোয়গী রাজ্য অসি মশাগী শেন্থোক লৈজদবা লম অমনি। কেন্দ্র সরকারদগী নিরগা হিংবা লমনি। ফংবনা ৱাৎপা খরচনা হেনবনা ওভরড্রাফ্ট তাদুনা শেন-থুমগী অৱাবা মায়োক্লরিবা সরকারনি। হন্দক শেনবা-চহীগী লোইশিল্লকপদা শেন-থুম লোয়শঙগী থবক হৈরবা কর্মচারীশিংনা ফাইল হন্দোক-হনজিন তৌদুনা থবক থীন্থহল্লিঙৈ আর বী আই দগী অথিংবা লাকপনা হান্দুনা মতম চানা সরকারগী লোয়শঙ অয়াম্বগী শেন কায়থোকপা নংহৌদ্রে। অদুবু সরকার অসিগী ওইনা লাইবক ফবদি অথিংবা থমখিবনা হান্দুনা শেন য়াম্না কায়থোকহৌদবনা ওভরড্রাফ্টকী চাংসি ৱাংফম থোকপদুদগী হন্থরে। মসিগী ক্রেদিত্তি থবক থীন্থহনবদা হৈনরবা ঐখোয়গী নুংশিরবা কর্মচারীশিং অসিনি। অদুনা ঐখোয়গী ইকাই খুম্নফম ওইরবা মুখ্য মন্ত্রীনা হরাওরদুনা মনা অসি পীনবা লাউথোকপনি। ঙসিমক মনা অসি মখুৎমক্না পীবিগদৌরিবনি। মনা অসি লোয়শঙ অসিগী খ্বাইদগী অপিকপা ফমদগীনা খ্বাইদগী অচৌবা ফাওবা লৈবা কর্মচারী খুদিংমক্তা পীজগনি।'

মনা ফংগদৌরিবা কর্মচারী পুম্নমক্না চপ মান্ননা খূবাক খূই।

কানচিপুর

২০ /৪ /২০০১

# তুগলক

"তারিব্রো ! তারিব্রো ! নোই সরকারসিবু করম তৌদোইনো ?"

অয়ুক অঙনবদা নোং খাকপগুম খাকথরকই। মখা তাথরকই —

"হো খবরদা ইরিবা ময়ামসে অমুক্তা পাবিরো লাউও। অহিংদি থেঙনা-থেঙনা পার্টি তৌরে, অয়ুক্কা মিংকপ থোক্লে। খবরদনা ফজ-ফজনা ইবিরিবা ! কয়া কুইদোইনো নোই সরকারসিবো ?"

খরনা থেঙনা হৌগে খনবনি। যূম্বীরেনবীনা খাকথরকপদা তূমথদবা য়াদ্রে। মমিৎ ফাকলি-ফাকলি হংলকই —

"অয়ুকসিদা নঙনা অসুক মখে লাংলিসিবু করি তৌরবগে ?"

"লোইরে-লোইরে খবরসিদা ইরিসি। নখোয়সু খরদি হাকমল্লে। মীবু কোকথোং অমা থবক লৌথোক্লে হেক মতৌবা। কোর্টতগী অথিংবা লাকএ, করি ফজরি ?"

"য়াগদ্রা হায়দুনা তৌবনি, য়াদ্রগা তোকএদনা । লৈবাকসিগী শেন-থুমগী ফিবমসি মওং অমা তাদবসিদা তৌরিবনি।"

"অদুবু হায়বা, ওইবা য়াগনি য়ারোই হায়বদুমদি খন্থরগা তৌবা ফৎত্রো ? কর্মচারীশিংনা ফংজবা এলাৱেন্সসু থা কয়ানো পীররোই হেক মহায়।"

"মদুসু য়াগদ্রা হায়দুনা তৌবনি। য়াদদনা কক্লরোই হায়খ্রেদনা ।"

"ওইবসু য়ারোইদবদুবু ইকাইদ্রা হায়বনি।"

"ইকাইববু শেন তিংব্রনে। হৌজিকসু করিনো অমা লাউথোক্তুনা লাইবক য়েংগে খল্লিবনি। মীয়াম্না য়াদ্রগা তোক্লে হায়রগা লোইরে।"

"মীনা থীনা ঙাঙনরিবা, খবরদা করেম্নদুনা ইরিবসিবু ফজরিব্রো ?"

"ঙাঙনজসনু, ইজসনু। ঐ করিসু নাচুংবিদে। ঐনা তৌরিবসে ইতিহাসকী মচাক্লি।"

ইতিহাসকী হীরো মন্ত্রী মহোদয়গী করিসু থৌশাদবা মতৌদুনা যূম্লুরেনবী মখুৎনা পায়রম্বা খবরশিংদু মন্ত্রীনা হিপ্লিবা ফমুংদুদা খংলং লংশিল্লম্লগা মপান্দা থোকখি।

ইম্ফাল

২৬ /৪ /২০০১

# ট্রেনিং সেন্তর

'রিজনেল ইন্সটিটুট ওফ পোলিটিক্স' লমদম অসিদা নৌনা লিংখৎপা রাজনীতি তম্নবগী ট্রেনিং সেন্তর অমনি। নুংতিগী ফোঙবা পাউচেশিং অমদি কেবল নেট-ৱার্কতা এদভরটাইজমেন্ট তোয়না তৌই। অকুপ্পা মরোন খঙনীংবশিংনা ট্রেনিং সেন্তর অসিদা লাক্লগা খঙলবা য়াগনি হায়। অকক্লবা সিট মশীংনি, উন্নরনবগীদমক সেন্তর অসিগী ওফিস পূং ২৪ থোঙ হাংঙিসু হায়।

পোলিটিকেল সাইন্সতা এম এ পাস তৌরগা থবক ফংদবদগী ঙাওচৎনদুনা লৈরবা ইচানীপাসি রাজনীতি তমহল্লগে খন্দুনা ঐ সেন্তরদুগী ওফিসতা চৎলুই। ফাউন্দর সেক্রেটরি-ক ম-প্রিন্সিপালদু ঐগা হান্না মুন্না খঙনবা মীশক ওইরম্বদুদা কয়াদি নুংঙাইরে। মতম অমদা লমদম অসিগী রাজনীতিদা য়াম্না মমিং লৈরম্বা, হৌজিক্তি পোত্থারবা তামো তোমালো ওইরম্মি। ঐগী ইচানীপাগী এদমিশনগীদমক হায়নরুবা মতমদা তামো তোমালোনা হায়রকই —

"লাষ্ট-ডেটতি ৱাৎলি, অদুবু হৌজিক ফাওবদা এপ্লিকেশন য়াম্না য়ৌরকলে। অফবা কেন্দিডেটতা খনগদৌরিবনি। ইনাউদা শেংনা হায়দোক্লবনি। মনুংদা শেন য়াম্না চনশিন্নরকলে। ইনাউগী ইচাদু তৌদবা য়াদে হায়রগদি শেন খরদি চঙদবা য়াররোই। হৌজিক্কী মতমদা মেরিট হায়বসিদা শেনসু য়াওরবনিকো। ইনাউগীনিনা পঙয়াম য়াম্না লৌবা য়াবসু নত্তে, লুপা লাক্ষ অনীদংদি এদমিশন টেষ্টকী মমাঙদা য়ৌহল্লকউ।"

ঐ খংপ্রেক খংই। ঐগী ইতৌদুদা তামো তোমালোনা মখা তারকই —

"করিসু লৈতবা ডাক্তর-ইনজিনিয়ার তমহন্নবগীদমক লুপা লাখ অনী-অনী, অহুম-অহুম পায়রগা কোয়চেন চেন্নরি। মখোয়গী ইন্সটিট্যুটশিংদুগা ঐগী সেন্তরসিগদি লাম্বা পাবা য়াবা নত্তে। ঐগীসি লৈবাক অসিদা অহানবনি, মসিমতসু ঙায়রি। মসিদগী

ট্রেনিংবু পাস তৌদুনা থোকখ্রবদি সেল্ফ ইমপ্লোইদ হায়বদু ওইরগদবনি। মপান-লমদগী এপ্লিকেশন য়াম্না লাকই। মপানগী শেন পায়বা গার্জিয়ান খরদি ঐগী সেন্তর অসিগী দিভলপমেন্টকীদমক শেনফম চাউনা-চাউনা দান তৌজগেসু হায়রক্লি। অদুবু প্রিফরেনসি লমদম অসিগী মীওইশিংদা খরা হেন্না পীনীংঙি। ইরমগী মী শেমদবা য়াদবনি ... ।

মতম অমগী তোমালোনি। ঙাঙবা লেপ্তে —

"ওজাশিংদি অফবা ঙাক্তনি। হীরম অমমমদা য়ঙ-য়ঙ লাউরবা, ময়াদা মৈ হৌরবা, হৌজিক-হৌজিক রাজনীতিদা মমিং চৎলব পোলিটিসিয়ান ঙাক্তনা ওজা ওইদৌরিনি । ওইদববু অওইবা মালহনবা, মীয়াম্বু শুমহৎপা ঙম্নবা  ৱা ঙাঙবা, মী থাজহনবা ঙম্বা — মসিগী মগুণসি চেলহন্নবা অহানবা চহীদা য়াম্না নীংথিনা তম্বিগদৌরিবনি। চহী মঙাগী কোর্স অসিদা শোয়দনা কাননবা ভোৎ লেপ্পা, ভোৎ কারগা চৎকদবা মনুং-মপান নাইবা লীচৎ, ঙাঙগদবা ৱাঙাঙ, মন্ত্রী ওইনবা শরৌ, মী চিংথোক-চিংশিন, ফাদোক-ফাজিন, চোংথোক-চোংশিন, কেম্প তৌবা, অফবা পোর্টফোলিও পায়নবা পোলিসী, চিফ মিনিষ্টর ওইবা ঙম্নবা পোমিৎ — লোইনা অমতা চিথদবমখৈ তম্বিগদৌরিবনি। হৌজিক-হৌজিক মন্ত্রী, এম এল এ ওইরিবা রাজনীতিগী লৌ হৈরবশিং কয়া কৌরগা মখোয়-মখোয়না স্পেসিএলাইজ তৌরিবা ফিল্ডদুগী মরমদা গেষ্ট-লেকচরসু পীহনগনি। মপান লমদগীসু হীরম অসিগী অখঙ-অহৈ খরা কৌথোকসিরা খল্লি। লমগী শন্না মচী শাংবগী ৱানি। চোংথোক-চোংশিন, কেম্প তৌবা, ফম মুন্নবা, সরকার থুগায়বা-শেম্বগী মতাংদদি ঐখোয়গী স্বাইগী এক্সপার্টশিংসিবু নমহৎপা ঙমগদবসি ইরৈবু নৈরম্মোই। অশেংবদা অশেংবা মান্না এক্টিং তৌবা তম্বিহন্নবা বোম্বেদগী সুপর ষ্টার খরসু কৌথোক্কে খন্দুনা চে ইগ্রে । ..."

হায়বমখৈ হায়রবা মতুংদা তামো তোমালোনা ৱারোই ওইনা অমুক হায়রকই —

"ইয়াম্বগী ট্রেনিং সেন্তরসিদগী পাস তৌদুনবু থোকখ্রবা অমতা লেম্না মাঙলরোইদবনি। চিফ মিনিষ্টর ওইবকাসি থুখ্রগদবা জাৎনি। ইনাউগী ইচানি হায়বদুদা অনীদমক হায়রবনি, অতৈগীদি মঙাদগী তাবা য়াবা নত্তে। মঙাদুফাও ঐগী-ঐগী হায়দুনা ক্রেক-ক্রেক ঈন্নরবনি। মখাদি ইনাউনা অদুম খল্লগা তৌরো।"

ঐ ৱা মখা য়াম্না তারমদ্রে; খল্লুখিগে হায়রল্লগা অদুম থোরক্লে।

ইম্ফাল

৪ /৫ /২০০১

# নুপীগী ৱা

নোং ঙান্দ্রিবৈদা মিংকপ অদুম থেক্লে। তুমথগে খল্লি। তুম্বা য়াদে। মমিং উইশিল্লবসু তুম্বদদি ময়াদ্রে।

উচেক্কী খোনজেন তাবগা ঙস্তানা অদুম হৌগৎলে। মহাক্কী নুপীনা চা গিলাস অমা ঙস্তানা পীরক্কদ্রা খল্লম্বনি। শুকপী পীরক্তে। নুমিদাং তৌনখিবদুগা মচীন্না হায়গদবসু ইকাইরপ তৌই। পীরক্কনি খন্দুনা ঙাই। পীরকমন্দ্রবদা হায়রকই —

"চা গিলাস অমতদি থকসিদনা।"

হায়ববু লোইফাত্রি। চা পনবদদা ইমুংদগী লাউরকই —

" করিগী চানো? ঙরাং নুমিদাংদগীদি চাক-চা পূম্নমক বন্দ! "

চুম্মি, ঙরাং নুমিদাংসু চাক থোংদে। নীপা থোক্তে, চাক পীজরোই হায়খি। চাক লাম্মনবদগী মিংকপসু ঙস্তানা থোক্লে। চা থক্লগা অরাম- খৌরাংবা খরা কোক্কদ্রা খনবসু চাসু লোনবিদ্রে। মহাক শাউনীংঙি। শাউরুরগা মহাক্কী নুপীনা হেনগৎলক্কদবদু খন্দুনা অশাউবা ফাথজে ! তানজাদুদা মহাক্কী নুপীনা মপান্দা থোরক্লগা ঙাঙথরকই —

"তানজা-মেনজা অদুক খঙদ্রিবদুবু করিগীনো? হৌজিকসু মতম লৈরি। নিয়ম নাইবা, চুমদ্রিং চৎপনা য়াররোই। অনৌবা সরকার শেম্বদা য়াওহৌদবা য়াদবনি। চোংথোক-চোংশিন, চেন্থোক-চেনশিনসি খরসু মহৈয়ু। মন্ত্রী ওইদনা করম্না লৈবাক্কী সেবা তৌদোইনো? নমান্নবনা তৌনরিবসি নামৈ পায়দুনসু খরা ময়াল্লু। ঙরাং ঙৌরম্বদু ঙসিনা অশংবা ওইবদা করি কায়? হয়েংনা লৈঙাং শঙলগা লোইরে। থম্মোই য়ৌনা চুগদবসু নত্তবসিবু।....."

মহাক্কী নুপী ঙাঙবা লেপ্তে। চাক লাম্বগী হায়রুরবদি নুপীগী ৱা ইল্লসিরা খল্লকই।

কানচিপুর

১৮/৫/২০০১

# শহীদ মীনারগী মখোঙদা

হৌনরুবা-হায়নরুবা তৌদনা অয়ুক্কী নুমিৎ তরং তরং হুন্দোরকপা অদুব্রাইদা মখোয় হুম্ফুখক মথং মথং য়ৌনরক্তুনা শহীদ মীনার মখোঙদা পূল্লপ পূল্লে। অউবশিংনা করিনো অমা  তৌদৌরি হায়না খন্নে, করি তৌদৌরিনোদি খঙদে। অদুবু কনানসু থৌশারুদে।

কদোমদগী কমদৌনা ফংবা পাউনো খঙদে, পাউমী খরা কেমরাগা লোয়ননা থুংলরে। পাউমী অমনা মখোয়গী লুচিংবা কনানো হংলকই। মখোয়গী মরক্তুগী অমনা শাউরপ্পা খূল্লকই —

“লুচিংবা হায়বা ৱাহৈদু ঐখোয়গী নাকোঙদা তাহনবিগনু। মদু ঐখোয়না খ্বাইদগী হেন্না তুরুজবা ৱাহৈনি।”

পাউমী অমনা হঙ্গোইরপ তৌনা হংলকই —

“ঐখোয় ৱা খরদং হংজনীংঙি, য়াম্না ৱারৌবিগদ্রা?”

“য়াম্না হংবিরক্কনু, তঙাইফদবদমক হংবিয়ু।”

মখোয়গী মরক্তগী অমনা খুম্লকপনি। পাউমীদুনা মখা তারকই —

“ময়াম্না তৌবিগদৌরিবসি করিনো? এম এল এ হুম্ফুগী মহুৎ শিনবিগদৌরিব্রা?”

“উম, মখোয় হুম্ফুগী মহুৎ ঐখোয় হুম্ফুনা শিল্লগা শহীদ মীনারগী মথকসিদগী থৌরী য়ান্দুনা শিগে লাকপনি।”

“মরমদু খঙজবা য়াগদ্রা?”

“খঙহনজগে। লৈবাক-মীয়ামগী মীহুৎশিংনা লৈবাক্কী খন্দনা মশাগীদা খল্লকপসিদা মখোয়গীদমক চেন-চোংলুবা ঐখোয়দি ইকাইবনা লৈফম খঙদ্রে। মখোয়না ইকাইবা খঙদ্রবনিনা ইকাইবা খঙবা ঐখোয় মখোয়গী মহুৎ শিন্দুনা শিরগে লেপলে। হায়জনীংবা অমতং —”

পাউমী অমনা তাপ ওক্তুনা খুম্লকই —

“হায়বিয়ু।”

“মখোয়না ইকাইবা খঙলক্তুনা লৈবাক-মীয়ামগীদমক খল্লক্ত্রিবা ফাওবা পুম্লবসু-কংলবসু ঐখোয়গী হকচাং শহীদ মীনারসিদা অসুম য়ান্দুনা লৈহনবিয়ু।

“লৌথনবা য়াথংদি মখোয়না পীখিনি।”

পাউমী অমনা হায়রকপনি। মখোয় হুম্ফুগী মরক্তগী অমনা মখা তারকই —

“মদুতদি মীয়াম্না থিংবিয়ু।”

অদুদগী মখোয় থৌরী অমমমগা শহীদ মীনারদা কাখৎনবা শেম-শাখ্রে।

ইম্ফাল

২৫/৫/২০০১

# শুমজিৎ পায়বী

য়াচঙলকপগী মল্লি-মল্লিরকপদনি —

কাং ... কাং ... কাং ... ... !

ইলেক্ট্রিক্কী খুন্তি য়েবগী মখোন তাবদা যূমথোঙ খূদিংগী নুপী অমমম মখুত্তা মৈরা পায়দুনা তহা-তহা থোক্লরকই। খুন্তি য়েখিবদু ইন্দোন চাউবীহন্নি। ময়াম্না য়ৌরকফাৎত্রিঙৈ ইন্দোন্না লাউরগা হায়রকই —

"ঙসিদি মৈরা পায়রক্কদবা নত্তে; নখুৎ চাবা য়াংগেন-শুমজিৎ অমমম পায়রকউ।"

মাঙজীন থারকপী লৈমতোন্না হংলকই —

"মৈরা পায়বীনা শুমজিৎ পায়সি হায়রিসিবু করিগীনো ইন্দোন ?"

"নীপা-নহানা য়ু থকপা, নিশা চাবা, সিফায়না মরম চাদনা মী ফাবা থিংনবা মৈরা পায়রম্বনি। হৌজিক্তি মৈরানা য়াররোই। লৈবাক্কী থৌ পুরুচো, লৈবাক ঙাক্লুচো হায়দুনা মীয়াম ঐখোয়না থাগৎখিবা লুচিংবশিংদো চৌক্রি-লাই ওক্লবদগী শাথীরবা লায়নানা নারে। হঙোই ওন্দুনা ফন-ফা কাতু-কারন চোংদুনা লৈবাকসি মথক-মখা ওন্থোক্কদৌরে। ইনাউশা ! ইচাশা ! নুপী ঐখোয়না লৈবাক কন্দবা য়াদে। মন্ত্রী ওইনীংবগী মিহুন চেনগুম-চেনগানরবা লৈত্রাদ্রবা মখোয়গী মশাদু হেক তুকথদ্রিবফাও শুমজিৎনা কন-কন্দুনা লাইখৌগদবনি। মসি নৎত্রবদি লৈবাকসি মাঙবা তারে।"

ইন্দোনগী ৱাদু তাবদা নুপী পূম্নমক "চুম্মি-চুম্মি" হায়নৈ। অমুক হায়নরুবা তৌদনা ময়ূম-ময়ূমদা শুমজিৎ লৌবা চৎনখি।

ইম্ফাল

২/৬/২০০১

## অশম্বা লম্বী

"তাইবুংঙো, ওস্থোক্লা থাজদনা লেঙবিরক্লেদা। ফোন্দা হেক ননাউবু কৌবিরকপা য়াবসিবু।"

"ঐনা লাকপসু য়াইদা। হন্দক্কী মতাংসিদদি ঐনা লাকফমসু থোকই।"

অমুচৌনা হায়রকপনি। মখা তারকই —

"হন্দক্কী পার্টিগী লেজিসলেচরগী লিডর খনবসিদা ইনাউনা নয়াম্ববু খরা শৌগৎপিয়ু। ইনাউদা কেবিনেট শোয়দনা পীগে।"

তোমৈনা মোং হাদনা খুল্লকই —

"তাইবুংঙো, ননাউদি কেবিনেটতু কয়া পামজদে।"

"করিনোনো ইনাউইবুংঙো, মখোয় অতৈনদি কেবিনেট- কেবিনেট হায়দুনা ঐবু কোয়তান তান্নরি। ইনাউনা ইরায় লায়না পামদে হায়বসিবু ? হন্দকসি নয়াম্ববু চিফ মিনিষ্টরসি অমুক্তা ওইহল্লু। ইনাউনা অপাম্বা পোর্টফোলিও খনবা য়াগনি।"

"তাইবুংঙো, ননাউদা স্পিকর ওইনা পীবিয়ু।"

"মী অতৈনা পাম্নদবসিবু ইনাউনা অদুক পাম্মিবা !"

অমুচৌগী ব্রাহংদুদা তোমৈনা ইতি তিংনা হায়রকই —

"তাইবুংঙো, মসিনা চিফ মিনিষ্টর ওইবসি খরা থুগনি।"

"এ !"

অমুচৌ মমিৎ-মনা চপ য়ুংখৎলি।

ইম্ফাল

৮/৬/২০০১

# অতিথি

হন্দক মরকসি নুমিদাংৱাইরম হেক ওইরকপদা নুংতিগী কংলাগী থাঙপাৎ ময়াগী লম্বীদা মীনৌ অমা মখুত্তা ফজরবা ব্ৰাকিং-ষ্টিক অমা পায়রগা হনগৎ-হন্দা চৎপা উই। কুচু মুনরং তৌই। মশা নাল্লি। অঙৌবা মচুগী গলাবন্দ কোটকী সুট শেৎলি। চৎপদা মোং হাদে। য়েংবদা য়াম্না ঈংবা-তপ্পা মীওই মাল্লি।

নহানমখে উরমদবা মীশক অমা নুংতিগী অসুম উরকপসিদা অচৎ-অওক্লা মাবু খঙনীংনা য়েংঙি। পূম্নমক য়েংল-য়েংলগা মাগী মাগী মথৌ চৎনখি। কা হেন্না খঙগে তানশিল্লুবদি কনাসু য়াওদে।

মপোক্লা পুমঙৌ ঙৌরবা, কল্লাক-কুরু শুংলবা, মখ্বাঙ্ কোল্লবা অহন অমসু চৈশু অমা শুরগা নুংতিগী নুমিদাংৱাইরমসি কংলা-থাঙপাৎ ময়াদা হেক-হেক লাকই। মহাক্নসু নুংতিগী মীনৌ অদুবু উই। নোংমদি মহাক মীনৌদুগী মমাঙদা চপ লেপ্পি। মখোয় অনী ঙক্লপ্না অমগা অমগা য়েংনৈ। অহন্দুনা হংলকই —

"সাহেবপু কনা ওইরবনো ? নহানমখে লৈবা উদেদা।"

মীনৌদুনা খুল্লকই —

"বাবা, হান্নদি ঐবু উরম্লোই। ঐ লাকপা কুইদ্রি। লমদম অসিদা ঐ অতিথিনি।"

"লমদম কৈদগী লাকপনো সাহেব ?"

অহন্না মখা তানা হংবনি। মীনৌদুনা খুল্লকই—

"ঐবুরা বাবা ? ঐ দিল্লীদগী লাকপনি। লমদম অসিদা হঙোই ময়াম অমা ফন-ফা, ফন-ফা চোংদুনা য়াম্না লাঙঙে হায়রে। মীচম-প্ৰজাগী ঈ চুপ্পা তিনফা-কাকফে ময়াম অমনসু মনীং য়াম্না তৌরে হায়রে। মখোয় ময়াম্না লাঙবা, তৌনীংবা তৌবদুদা লমদম অসিগী বাবাখোয়গুম্বা চমজত্ৰবা মীশিংসিনা ঐবু সিদা থারকউ হায় হায়দুনা দিল্লীনা ঐবু সিদা মতম খরা লৈরুচো হায়দুনা থারকপনে। হৌজিক ঐ লমদম অসিগী অতিথিনি।"

"অদুদি সাহেব, নঙ শ্ৰীমান পী আর জী !"

কোল্লবা মখ্বাঙদু তিংখৎনবা হোৎনরগা অহন্না ঙক্লপ্না হায়বনি, অদুদগী মখুৎ লোন্নরগা মখা তারকই —

"নমস্কার পী আর জী ! অথোইবা অতিথিবু তরাম্না ওকচরি।"

কানচিপুর

১৫/৬/২০০১

# ঙাঙবখক্তা

নোংমৈ কাপ্লবা লেপ্লগী ঙমখৈ মণিপুরগী লমদা য়ৌহল্লকপবু য়ানীংদবা ফোঙদোক্তুনা হৌরক্লিবা ঈরাংসিদা মশাগী তুংগী শাফবা য়েংদুনা, মরৈবাক নীংবা শাদুনা এম এল এ পূম্নমক্না এম এল এ ওইবা তোক্লগনি হায়না লাউথোক্লে। অদুবু তোকপদি কনামতা য়াওনদ্রি। ফিবমসিবু কুপ্না য়েংশিল্লিবা খুরাঙাং খোমদোন মখোয়গী লমগী এম এল এ দু ঈরাং মরক্তা মপান্দা থোক্লুবদা শোক্তুনা হোসপিটালদা লৈখ্রে তাবদা ফিবম হংবা ওইনা হোসপিটালদা চৎলুই। খুরাঙাংনা মীগী মশা শোক্লিবদুগী থোইনা খল্লুদনা মপুক্লীংদা নীংলিবদু কোক হংলুই —

"ইবুংঙো সাহেব, এম এল এ ওইবসি কদৌঙৈ তোক্কদৌরিবা ?"

এম এল এ পাক খুল্লক্তে। খুরাঙাংনা ঙহাক লৈরগা অমুক হায়রকই —

"ঐনা হায়বদি হায়দোকখিবা ৱা ঙাকপা হায়বসি লৈবাক্কী লুচিংবা অমা ওইনা ... ।"

খুরাঙাংনা ৱা ঙাঙবা লোইদ্রিঙৈ মমিৎ-মমায় ইপোম পোল্লবা এম এল এ না শোন্থাংননা হায়রকই —

"খুরাঙাং, হায়দোকপদি লায়, থবক ওইনা পাঙথোকপদি য়াম্না লুরমখ্রে। হেক হাথু-হাথু তৌরুরগা ইশাগী ওইজবা মাঙজবা কয়া লৈ।"

খুরাঙাংনা জ্ঞান খংতা তাবগুম হায়রকই —

"ওঃ, লৈবাক্কী লুচিংবা হায়বসি ঙাঙবখক্তদা থৌনা লৈবা ওইরেকো !"

মমায়-মমিৎ ইপোম পোম্বদগী খূজিল্লবা এম এল এ গী মমিত্তুনা খুরাঙাংদা হনগৎনা য়েংলকই।

ইম্ফাল

২৪/৬/২০০১

# অঙাং কপ্পা

করি তৌরবনো খঙদে, অঙাংদো পঙকপ্তা কপখ্রে। মমানা ফনা থেম্মি, কপ্পা তোকপা মরৈতে। অচা-অথক পীজদুনা থেমগদবসু করিমত্তা লৈত্রে। দুকান্দগী করিনো খরা লৈরুগদবসু কার্ফিউ তৌবনা মপান্দা থোকপা-লাকপা য়াদে।

কিহল্লগা অঙাং কপ্পা ফখিগদ্রা খন্দুনা "লাই খুৎশাংবী লাকই, তপ্তা লাকই, অঙাং ফাগে লাকপনি। ঐখোয়গীদি ইচা কপ্তে, লাক্কনু" হায়দুনা থেম্মি। অদুবু অঙাং কপ্পা ফত্তে। মমৈথংদা তৌফম খঙদ্রদুনা মচীন্দা লাকপা অমা কোক হায়দোকখি —

"কর্ফিউ তৌরি, অকপ্পা অঙাং ফাগে হায়রক্কনি।"

খুদক্তা অঙাংনা কপ্পা-কপ্পা হায়রকই —

"ইমা, কর্ফিউ য়েংগে।"

মমাদু অমুক্কা হেন্না তৌফম খঙদে। অহন্দি কর্ফিউ য়েংলিবনি হায়দুনা লম্বী-লমজাউদা থোক্লে। মাগী মচা অপিকপা অদুদা মানা কর্ফিউনি হায়দুনা য়েংহনগদৌরিবসি করিনো ? মচাদু কোম্থোঙ ৱাংমদা ঙহাক পুথোকই, অদুগা হায় —

"তূ-তূ, কর্ফিউ লৈরে, কিজৈ; য়ূমদা চঙলসি।"

"কদায় ? উদে কৈসু। ই-ই ই ..."

অঙাং মখা তানা অদুম কপই। মমা বিভুলা চুই।

ইম্ফাল

২৭/৬/২০০১

# যুগ থৈবা

মখোয়না মচাশিংগী মফমদা তৌগে হায়না হায়খিবা ব্রা ঙাক্তদুনা তৌনীং-তৌনীংবা মনীং তৌবদগী মচাশিংনা পেন্দবদগী ঈরাং অমা মখোয়গী মায়য়োক্ত হৌরকই। থেমদুনা নৌদুনা হোৎনবদা য়াবা কৌবা মরৈতে। মতিক চাদবা মমা-মপানি হায়দুনা মখোয়গী মব্রা লৌবিদবদা নত্তনা মখোয়বু খোঙ্গোইনবগী মতাং অমা লাক্লবদ মখোয় অনীমক মচাশিংবু হুন্দোক্লম্লগা লমদম তাম্না চেল্লি। মীরমদা কুইনা লৈব ব্রারকই। মখোয় অনী ময়ূমদা হল্লসি ঙাঙনৈ। মচাশিংনা অমুক তৌরক্কদবদুসু খল্লি। হন্দবা য়াদবনিনা ময়ূমদা হল্লকই। হল্লকপগী লম্বীদা নবদ্বীপ্তা হাইজিন্দুনা মচাশিংগী ঈরাংদুদগী নাম্ভোক্তুনা খরা ঈংনা-চিক্লা লৈবা য়ানবা হায়দুনা সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌই। হল্লকপগা মচাশিংদা হায় —

"ইচাশা ! নমা-নপা ওইবা ঐখোয় অনীদি সন্ন্যাস ধর্ম্ম চৎলবনি। নখোয়গী ওইবা ব্রাকৎ অমতা ঐখোয়গী নাকোঙসিদা তাহল্লগনু।"

মচাশিংনা হায়রকই —

"য়াম্না ফরে। লম্বোইবা-লম্বোইবী ওইরবনিনা ঐখোয়গা তিন্ননা লৈবা য়াররোই। য়ূমদা চঙবিরক্লনু।"

মচাশিংনা মখোয় অনীবু তাম্ভোকই। মখোয় অনীনা ময়ূমদা চঙগদবগী তৌই। তাম্ভোকপগা চৎলোইদবগী তৌবগদা চরাঙ-চরাঙনৈ। তানজাদুদা থংনবা ফমুংদা হিপ্লিবা এম এল এ চন্দ্রনা করি তৌরবগে হায়দুনা মশা নোম্লগা হৌদোরকই। হুমাংনা পূম্লুপ লুপ্লবা এম এল এ মণিনা মমিৎ ফাক্লি-ফাক্লি তৌরদুনা চন্দ্রদা হংলকই —

"ঐখোয়বু যুগ থৈদুনা লমদমসিদা কয়াম কুইনা লৈখিনি ? য়ূমদা হনবসিবু শুকয়া ময়াররোইদ্রা ? ঐখোয়বু মীয়ামগী মফমদা কয়াম লানখ্রবগেনে ?"

চন্দ্রনা তপ্না খুল্লকই —

"য়েংসি, মতম ঙাইয়ু।"

ইম্ফাল

৩০/৬/২০০১

# ইজ্জৎ মাঙবা

লৈবাক্কী ওইবা অকনবা ঈরাং অসি করম্না নেমথহনসিগে হায়বগী খন্ন-নৈনবা মীকম্নি। য়াইতোং-খমদোংবা পূম্নমক শুনা তিল্লে। পূম্নমক্না মানা-মানা নীংবদু ফোঙদোক্লে। অমখক্তংদি ৱা মচেৎ অমতা ঙাঙদনা তুমিন লৈ। ময়াম্না মহাক্কী মোৎ হংলকই। মহাক খংশাউ শাউরকই —

"ঐগী ইজ্জৎ পূমলোই লোইরে। ঐবু য়াওহনবিরনু।"

ময়াম পূম্নমক ঙক্লে। খ্বাইদগী অচৌবা ময়ায় তাংবন লৌরিবদুনা মহাকপু থেম্লদুনা হায়রকই —

"তপথৌ, শাউগৎখিনু। ওইরিবা ঈরাং মতা অসিদা নঙগী নতেং নত্তনদি অতৈ উপায় লৈতে।"

"ঐ নত্তবা উপায় অমা য়েংবিরো। নখোয়না অরানবা তৌরগা ঐবু চুঙ্গোই ওইহনবসি তৌবিরনু। অতৈ লমদদি ইমিংতা তাবদা কিনৈ। লমদম অসিদদি কিবদি লায়থোকখ্রদুনা ঐঙোন্দা শীংনৈ। কনানসু ঐবু উশিৎপিদে। অঙাং মচা অমনফাও থৌওইবিদ্রবা কর্ফিউ ঐ লমদমসিদা চঙশি শিবগা মান্নরবনি। কদায়দনো'মা চেন্দুনা লোৎচখ্রগে।"

ফুক হৌগৎলগা থোকখি। ময়াম তঙক-তঙক য়েংদুনা লৈহৌই।

ইম্ফাল

১/৭/২০০১

# শিগৈজন অনী

লম্বী-লমজাউ পূমহাঙ হাঙডি। মী-পোং কনামতা মপান্দা থোক্লরক্তে। পূমচিক চিকই।

খরা থাপ্লপ্লা কনানো অমা তুমিন থোরকপগুম তৌই। অমখক্লা মহাক্তুবু উই। মহাকপু শীংনবনি হায়না খল্লি। নাউরীনা কাপকে হায়দুনা মৰূ হাপ্লগা মরী চিংঙি।

কনানো অমদুনসু মহাক্তুবু উবদা আইনবু শীংনৈ হায়দুনা শাউনা নোংমৈগী ট্রেগরদা খুদোনবী থম্মি।

"বন্দ ঐবু উশিত্তদুনা মপান্দা থোরক্লিবা করিগীনো ?"

অকোনবগীদুনসু মতমদুমক্তদা লাউরকই —

"কর্ফিউবু কিদদুনা থৌনাফবা শাদুনা মপান্দা থোরক্লিবা নঙবু কনানো ?"

মতম অমতদা চপ মান্ননা লাউনবনি। অমনা অমগী ৱা হাইফেৎ-হাইফেৎ তাহৌবদগী মতম অমতদা অমুক চপ মান্ননা হায়বকই —

"অদুদি ঐখোয় অনীগী পান্দমদি চপ মান্নেদনা। কনাগুম্বা অমত্তা মপান্দা থোরকপা য়াদে হায়বা নৎত্রা ?"

মখোয় অনীগী ৱাদু তাবদা ইমুংদা থোঙ লোনশিল্লগা লোত্তুনা লৈরিবা অহুমশুবা কনাগুম্বা অমখক্লা মখোয়দৌ-শাউগৎনা খংলাউ লাউরকই —

"শিগৈজন অনীমক ! নশক্তু য়েংনীংদে, খিৎ চৎপিগ্রো। বন্দ লাক্তে লাকউ, কর্ফিউ লাক্তে লাকউ, ৱারিবদি মীচমতনি। নখোয় অনীনা চক্রিগী মমায় ওইরগা মরক্তা চপখায়রিবসি ঐতনি।"

ইম্ফাল

৪/৭/২০০১

# য়োংগী ৱারী

হন্দক্কী মতাংসি লুচিং-পুরেন খরা ৱারৌরপ তৌই। ঙমথং-পুরেনবু কৌরগা মহাক্কী ৱারৌবদু ফোঙদোক্তনা হায় —

"ঐঙোন্দসু তান্নরমদনা হন্দক তৌরিবসি করিনো ? তুংদা করি থোক্লক্কদগে হায়বদু করিমতা খন্থৌদ্রবরা ?"

"থোইনা চিংনবিরুনু। পেন্দবগী অদুক অঙাংশিং পঙলাঙ লাঙজবনি। হেন্দা হেনজিল্লক্লগা শক্তি শীজিন্নরগা লোইরে। মখোয় মশেন তৌনজসনু। মখোয়দনি মাঙজগদবা। অঙাংগী লাইরিক্তা ৱারী অমা য়াওবদাইনে — য়োংনা তন য়েনবগী ৱারীদো!"

ঙমথং-পুরেন্না করিসু থৌশাদনা তরাই-তরাইনা হায়দোরকপনি। লুচিং-পুরেন্না তপ্না হায়রকই —

"খঙজিনগদবদি, অঙাংনা মৈ থাবা চাক্তে হায়বা ৱা লৈতবনি। অদুগা অহে-অপা শারুবদগী য়োং নহা মমৈ চপ্পি হায়বা ৱারীসু লৈবনি।"

ইম্ফাল

৬/৭/২০০১

# পোপুলেশন-দে

ৱারল্দ পোপুলেশন-দেগা মরী লৈননা পৃথিবীগী মফম খুদিংদা থৌরম কয়া পাঙথোক্লি। ঐখোয়গী লমসিদা পাঙথোকপা থৌরম অমদা লমদমসিগী য়াম্না মমিং চৎলবা নেতা অমনা য়াম্না ফজনা ৱা ঙাঙলি — চাবোক কন্ট্রোল তৌনবা, মীশীং হেনগত্তনবা, মীশীং য়াম্বগী অৱাবা, মীশীং য়ামদবগী নুংঙাইবা অমদি কান্নবা, অপিকপা ইমুংনা নুংঙাইবা ইমুংনি হায়বগী ৱা।

নেতাগী ৱা তারিবা ভাবোকশিংগী মরক্তগী অমনা ফুক হৌগৎলগা হংলকই—

"অদোমগী অঙাং মশীং কয়ানো ?"

নেতানা করিসু থৌশাদনা খুম্লকই —

"ঙসিগী থৌরমসিগা ঐগী অঙাং মশীংগা মরী লৈনদে। ঐনা ঙসি হায়রিবসিদি ময়াম পূম্নমক্তনি। মীশীং য়ামদবা নুংঙাইবা ইমুং অমমম ওইনা লৈননবা। ঐখোয় রাজনীতি তৌবশিংগীদি ভোট হায়বমা লৈবনিনা অঙাং মশীং য়াম্বনা কান্নে। অদুনা চাবোক কন্ট্রোল তৌবগী ৱাফম অসি ঐখোয়দদি এপ্লাই তৌবা য়াদে।"

হৌগৎলম্বা ভাবোক্তু তুমিন ফমথখি।

ইম্ফাল

১১/৭/২০০১

# নুংশি-চিঠি

মণিপুরগী ঙমখৈ কায়বা য়ারোই হায়বা লৈবাক্কী ঈরাংনা মণিপুরদা লৈবা খুদোং চাদদুনা দিল্লীদা যুগ থৈথ্রবা এম এল এ কয়াগী মনুংদা লুহোংবা চহী ফাদ্রিবা এম এল এ নহা অমা য়াওই। তঙাইফদবা ফিবমদা মশানৌবু থাদোক্লল্লগা চৎখিবনি। নুংতিগী নুমিদাং-নুমিদাং তেলিফোন্দা ইম্ফালগা দিল্লীগা ৱারী শানৈ, থম্মোই অনীগী ৱা ফাওদোক্লে। খঙহৌদনা ইম্ফালগী তেলিফোন য়াখিদ্রে। থম্মোই অনীগী মরক্তা ঈ-পাউ ফাওনদ্রে। নুমিৎ খরনি হৌথ্রবা ফাওবদা তেলিফোন য়াদ্রবদা অমদুদি দিল্লীদা লৈবা ঙম্লক্ত্রে, হৌদুনা চেন্নীংলকপা হায়বদু য়ৌরে। অদুবু য়াদবগী খাঙদুনা লৈবা তাখি।

নোংমা থাজদনা চিঠি অমা ফংখি। হরাউনা চিঠি অদু ফাক্তোদুনা পাই। চিঠিদু পাবা লোইরকপগীদুদা মশাদু হুমাং অনপ্পা কাদুনা লেকথরকখি। লৈমিন্নবা অতে এম এল এ শিংনা মকোক্তা ঈশিং থোমদুনা হুমাই হুমদুনা লায়কন্নৈ। এম এল এ অহন অমনা মহাক্কী মখুত্তগী তাখিবা চিঠিদু লৌখৎলগা য়েংলুই। চিঠিদুনা ইরম্মি —

"ইশাবী ইবুংঙো নুংশিবা !

লৈবাক্কী ঈরাং কিবদগী নশানা হেন্না লুই খন্দুনা লুহোংবা চহী ফাজদ্রিবী, যুম্বান-পুন্সিগী নুংঙাইবা মুন্না খঙজদ্রিবী ঐবু লমদম তাম্না হুন্দোকপিরল্লিবা অসিবু করি মতৌ কৌবনো ? অসুক কুইবসি ইশাবীগী অয়েকপা শক্তম য়েংজরগা নুমিদাং-নুমিদাং ফোন্দা নখোনজেন তাজদুনা কায়ন-মৈচাক খাঙজরকপনি। তমথিবা বিধিনা যুমগী ফোনসিসু য়াহনবিদ্রে। শেম্বিয়ু হায়না ৱাকৎচবসু তাবিদ্রে। চেংলৌ নশক উদ্রবদা, নখোনজেন তাবা ফংদ্রবদা অয়েকপা শক্তমসিনা কৈদৌনি ? কায়ন-মৈশা লাংলবী ঐঙোন্দদি মিৎকুপ অমমমসে কুমজা অমমমগা পাংখক্লরে। কদৌঙৈ ইমাঙদা লেপ্লদুনা নুংশি-য়াৱা চিনগোইবিরগদগে হায়বদু অথুবা মতমদা খঙহনবিরকউ। ইমং অনী শুদনা সতী ওইবা পামজবদগী ৱানা খাঙজরিবী ঐহাক্নি। অদুবু তম্বা ঙমদে, মীওই-পুন্সি হায়বসে। ইশানগা নহা ওইবগা খন্থবা ঙমহৌদবা মিৎকুপ্তা, করিগুম্বা ফাথবা ঙমহৌদ্রবদি থম্মোইসি ...

ইখৌ লাংনা ঙাইজরিবী

নশানৌ"

ইম্ফাল

১৫/৭/২০০১

# মহুত্তগী হেন্না

লমদম তাম্না লৈরবসু ময়ূমদা, মরমদমদা থোকপা ঈ-পাউ খুদক্তা অদুম তাবা ফংঙি। পেন্দবদগী শাউরবা মীয়াম্না খুদোংচাবা লৌদুনা মখোয়গী ময়ূম-মকৈ থুগায়খ্রে, মরন-মথুম মাঙহনখ্রে, য়ূম খরদি মৈ থাদুনা উৎ ওলহনখ্রে তাবদা লৈবাক্কী লুচিংবা খরদি মথল্লায় য়াম্না নুংঙাইতে। মাঙখিবা ময়ূম-মকৈ, মরন-মথুমশিংদুগী খল্লুবদা কপ্পীংঙি। হায়ফম-তৌফম খঙদনা তুমিন-তুমিন ফল্লগা উংদুনা লৈ।

মখোয়গী মতৌদু উবদা য়াম্না এক্সপরিয়েন্স লৈরবা, কুইনা লৈবাক-মীয়ামগী লুচিংবা ওইদুনা লাক্লুবা অহন অমনা মোং ইহা হাদনা হায়রকই —

"হোয়, মাঙখি-তাকখিবদুগীদি নুংঙাইতে। অদুবু মদুগীদমক নুংনাংলুবনা করি কান্নবা ! মীয়ামগী মরন্না নুংঙাইরুবগী দশানি। উংবনা কান্নদে, মথংগী মীখন্দা কানবা কন্না হোৎনরগা লোইরে। কাবু কারবদি ... করিগী ব্রাবগে ? ..."

ইম্ফাল

২০/৭/২০০১

## মতাং চানা

লৈবাক্কী ওইবা ব্রাফমদা পেন্দবা ফোঙদোক্তুনা সরকারনা পীবা মিংথোন, মনা-মথুম সরকারদা অমুক হন্দোক্লগনি হায়না পাউচে কয়াদা ফোঙদোক্লরক্লি। সরকারগী ব্রারেপ্তুদা থম্মোই শোক্লা নুংঙাইতবা পোক্লবা মীওই অমা-অনীদি লৈবাক্কী ব্রাফম্না হেন্না লুই হায়দুনা হন্দোকপসু য়াওখ্রে। মনা-মনিন নাইদনা তুমিন লৈরিবসি শকনৌ মতোমতবু ঙায়রমানে। ব্রানোম্লগা ব্রানা ফংখিবা মনানি। মহাক্তি তরায়-তরায় হন্দোকখিবসি পাম্মুই।

"মীয়ামগী অপাম্বা সরকারনা খঙলে। মীয়াম্না য়ানীংদবা থবক সরকারনা পায়খৎলরোই। সরকারনা হান্না তৌগনি লেপ্লুবা ব্রারেপ্তু হংচিৎ, তাং ৮ সিদা অব্রাংবা থাক্কী মীতিং অমা তৌরগা হন্দোক্লবা ব্রারেপ অমুক লৌরগনি।"

পাউচেদা য়াওরকপা পাউনি। পাউদু পারুরগা শকনৌনা ব্রারোন খরা ইরগা মশূনীপা অহন্দা মদু পাউচেগী ওফিসতা থিল্লুনবা পী। মশূনীপানা করিনো হংবদা শকনৌনা হায় —

"সরকারনা মখোয়গী ব্রারেপ মশেম ফাওবগী মনুংদা হন্দোক্রবদি সরকারনা পুপুদা পীরকখিবা মনা অসি হন্দোক্লগনি হায়না ইরিবনি।"

মশূনীপানা হায়রকই —

"পুপু! সরকারগী ব্রারেপতি হংচিৎ মীতিং অমা ফম্লগা হন্দোক্লগনি হায়না খবরদা য়াওরিবসিদি।"

"অদুনবু মতাং চারে হায়দুনা পুপুনা তৌরিবনি।"

শকনৌনা তাপ ওক্তুনা খুন্নকপনি।

ইম্ফাল

২৫/৭/২০০১

# অহিং অদু

লমদম অসিগী ঙমখৈ কায়হল্লরোই, শান্তিগী ৱারী শানবদা 'অকক্লবা ঙমখৈ থমদবা'' হায়বা ৱাফম লৌথোক্লগনি হায়রে হায়না দূরদর্শন অমদি আকাশবাণীদা লাউথোরকপদু হেক তাবদা হৌনরুবা তৌদনা লম্বী-লমজাউদা ঈ খেগৎলবা নহা, নুপী-নীপা মীওই কয়া অমা মরী-মরী থোক্লরকই। নুমিদাং ফনা থেঙলবদুফাও হরাউবগী খোনজেন্না মায়কৈ মরি পূম্নিন নিল্লি। লাউ-খোংঙি, চোং-ফল্লি। বোম্বুলা কাপ্লি, ঢোল থীল্লি, বেঙ্গুন খোংঙি। চথখিবা ঈহৌ অদুদা মীওই কয়া অমগী মথৱায় মাঙখি হায়বা পূমকাউ কাউথোকই। মিৎকুপ অমফাও নীংশিংবা শংখিদে।

অহিং অদু মফম শীনবা থুংনা লাঙজরবসু মচা কায়নবগী মৈ মুৎত্রিবা মমা অদুদি মীয়াম্না নুংঙাইবদুদা শরুক য়ারুবা ঙমদে। মীয়াম্না হরাউ-তয়াম্বগী খোনজেন্দু তার-তারগা থম্মোইগী মৈচাক, পুক্নীংগী চৈনা অসুম-অসুম হেনগৎলকই।

মপান্দা মীয়াম্না হরাউরি, নোক-খেরি। ইমুংদা মমা অদুনা মচাবু নীংশিং-নীংশিংদুনা নুংহিক্লনা কপলি।

ইম্ফাল

২৮/৭/২০০১

# য়াম্না লায়বা

অচৌবদুনা চঙলক্লগা হংঙি —

"মচীন চুম্লবরা ? চৈগী মমাঙদা কয়াম কুইনা মানা খাঙবা ঙমদোইনো ?"

"সার, মহাকসি তশেংনা মরান লৈতবা মাল্লি। খঙডি হায়বসি হায়দ্রে। মহাক খঙদে, য়াওদেদা হায়। মতৌসি য়েংবদসু নুংঙাইত্রে।"

সলাম কোৎলগা মচাদুনা হায়রকপনি। অচৌবনা হায় —

"থাজরুনু, মখোয়সি তাৎ হৈখ্রবা কাঙবুনি। চৈ ৱাত্তুনা হায়দোক্ত্রিবনি।"

"লুরিবদি সার !"

"করিনো লুরিববো ? চৈ লোইথোকখ্রবরা ?"

"সার, মমিৎ পাঙদ্রে, মশা লেঙদ্রে। শোর হোল্লি হায়বদা মঙায়রে।"

মচাগী ৱাদু তাবদা অচৌবনা থৌ-ৱা ইশা শাদনা হায়রকই —

"অদুগীদমকপু ৱাবরো ? হোরেন নুমিদাং লমহাঙ অমদা পুথোক্লগা শৎ ! নাম্থোক্কুনা চেন্নবা হোৎনবদা কাপ্পনি। অসুক লায়খ্রবসিবু ... !"

"য়েস সার !"

মচাদুনা অচৌবদুদা সলাম ফৎ কোৎলি।

কানচিপুর

১৭/৮/২০০১

# হৈনখিবা

দোশিদা মৈ চূগে হায়দুনা মৈখেৎ খেৎলুবদদা লালতেন্দু মৈ ব্রং হৌরকই। চাউবীতোন হৌদুনা মপান্দা চেন্থোরকই। মশাসু মৈ খরা পোক্লে। মহাক্কী নীপা তোন্দোন্না খুদক্তা চেনশিন্দুনা লালতেনগী মৈদু মুৎথৎহৌবদগী অচৌবা মৈহৌ-লাংপোকমক্তি থোকহৌদ্রে।

মতৌ করম্না তৌরিবনো হায়না তোন্দোন্না হংবদা চাউবীতোন্না খুম্লকপা হায়ববু লালতেন্দা কেরোশিন হাপ্লগা চূখৎকে হায়দুনা মৈখেৎ খেৎলুবতনি হায়বসিনি। তোন্দোন্না মৈ মুত্থৎলবা লালতেন্দুদা মনম নম্মি। য়াওরিবা থাউদু কেরোশিনগী মনম শেংফাত্তে। কেরোশিন লৈরকফমদুদা চৎলগা হংলুবদা দুকান্দারনা ঙহাক খন্থরবা মতুংদা হায়রকই —

"ইনাউ ইবুংঙো, হৈনখিবা হায়বসি ফনা লুই। পোৎয়ান তৌদুনা য়োনবসি চহী কয়াগী মমাঙদগী হৈনদুনা লাক্লবনি। হন্দক কেরোশিন খরা ফংনদবসিদা খরা য়াম্লবা হায়দুনা নয়াম্বনা পেট্রোল য়ানশিল্লুরে। পেট্রোলগী চাংনা হেনখিদুনা কেরোশিন্দু খুদক্তা মৈ হৌবা ওইরম্লনি।"

"অদুদা তাদবু কেরোশিন্দগী পেট্রোলনা হেন্না তাঙবা নৎত্রনে ?"

তোন্দোন্না ঙক্লপ্না হংবনি। দুকান্দারনা খুম্লকই —

"চুম্মি, পেট্রোলনা হেন্না তাঙঙি। অদুবু য়ানশিনবগী হৈনবীসি লৈখ্রবনিনা অহোঙবদু য়োনবদা অতাঙবা পেট্রোলগী চাং খরা য়াম্না য়ানশিল্লুরে।"

তোন্দোন শাউগদ্রা নোক্কদ্রা তৌফম খঙদে।

কানচিপুর

২২/৮/২০০১

# কান্নবা

শঙ্গোয়দা রিক্সা লৈবা উবদা মবাই য়াইমনা হংলকই —

" কৈদৌরে নহা, নারবা ?"

" ও! ইবাইরা ? চঙলকউ । নাদেদা ।"

মশেন্নীপানা হৈনীংদনা খুস্মি ।

"তূগা কৈদৌরবা ? নুমিত্তি আ য়ৌখ্রে ।"

" গাড়ীকা থৌগদবা তল্লে ।"

" তল্লগা নচা ময়ামসি করম্না থাক্কনি ? হা ? কনানা থাকপিদোইনো ? নখোয় নহাগী অতনবা লাইসি ফত্তেনে ।"

"করিগী তল্লোইদোইনো ইবাই ! খবরদা মায় খুমজিল্লগা রিক্সা থৌবা য়ারোই হায়রে ।"

" হোয়নহে, খবরদা য়াওজম্মেনে ।"

" অদুদনি ঐনা ঙসি খংতন তল্লিসে । মায় খুমজিল্লগা খরা কান্নবা ফংবসিদা য়েংশিনবনি । নুংতিগী লুপ মঙা তরাসু মখোয়না ঐখোয়দগী লৌরিনি ।"

"মায় খুল্লগা করি কান্নবা ফংগেনে হা ?"

"ইবাইসু খঙমন্দেদা । রিক্সাদা পোৎ-চৈ চিত্থ-নাস্থরম্বা, পোৎচাউ হাপ্লগা মপু উনদবা মতমদা কান্নবা য়াম ফংঙিনা । ইশকপু খঙহন্দ্রবদি খুৎ-শা শাংবদসু কান্নে । করিগী কাউব্রনে ইবাই?"

" হোয়নহে, মদুবুদি কান্নে হায়বা ঐসু খঙঙিনে । তূদা ফারদি চৈ চায়নে, জেলদসু চঙনি ।"

"মদুবু কিরদি ইবাই, করম্না থবক তৌবা ঙমগনি ? তৌবা খুদিংগী সুম ফাগদরনে ? ইবাইনা হেন্না খঙঙিবনি । ইবাইসু নহা ওইরম্মি নৎত্রো ?"

"নহা ওইরিঙৈ ব্রা পল্লক্কনু । মদুদা নঙগী নথৌ করি লৈ ? ঐদি আল্লাহনা পামদবা তৌবসি তোক্লে । জন্নৎকীদমক দুআ নিবা হৌরবনি ।"

মবাই য়াইমনা শাউরপ খুল্লকপনি । মখা য়াম্না তারমদ্রে, ফেৎ হাইদোক্কুনা চৎখি । মশেন্নীপানা শোস্থাঙননা হায়হৌই —

" করি অহন্নো ? নঙগী জন্নৎতুনা করি কান্নবা ! চাক পুক থনবরা ?"

কানচিপুর

৪/৯/২০০১

# অয়ো-য়ো ইবুংঙো

"পেবেৎ!"

"অয়ো-য়ো ইবুংঙো!"

"ঐগী ঈশকসি কয়াম ফজৈ ?"

"ফজৈদকো ফজবা হায়বসে। ঈশিং পুন অথনবা, ফৌ শঙবায় অচোনবা, ঙরী পরেং অচূম্বমুক হেক ফজৈদা।"

"ইতিক-ইগুণদি কমদৌই ?"

"গুণসু ওন্থোক্লা লৈখ্রেদা সনা-ইবুংঙো! হাৎকে-তুপকে ঙম্বা, নখুত্তা খুৎলাই পায়বা অঙম্বনিনে অঙম্বা! হায়নীং-তৌনীংবা ননীংনি। হৌজিক্কী মতমসিদা ঙমদববু করি লৈবগেনে সনা-ইবুংঙো ?"

"ও! মদু ফাওবদি খঙঙিদনকো ?"

"খঙজৈ অয়ো-য়ো ইবুংঙো!"

ইম্ফাল

২০/৯/২০০১

## মুন্না খঙলুদবা

মহাক মশানা পামজনা য়াওরম্বা পার্টিবু হন্দুনা ঙাঙলম্লগা থীনা চৈদুনা অতোপ্পা পার্টি অমদা য়াওরুরবা মতুংদা অকোনবগী পার্টি অদু থাদোক্লগা হান্নগী পার্টিদুদা অমুক হনজিল্লকপা এক্স-এম এল এ অমদা পাউমী অমনা হংঙি —

"অদোম্মা মরান কয়া শীদুনা ফত্তবা-অমোৎপনা থল্লবা পার্টিনি হায়দুনা থাদোক্লুরবা পার্টিদা অমুক হনজিল্লকপগী মরম করিগীনো ?"

এক্স-এম এল এ না য়াম্মা লায়না পাউখুম পীরকই —

"ঐনা হায়খিবা-চৈখিবদু পার্টি অসিবু ঐনা মুন্না মশক খঙবা ঙম্লুদবননি।"

ইম্ফাল

৫/১০/২০০১

# পোৎ য়োম্বা

নোং ফাওবা ঙান্দ্রিঙৈদগী হৌগৎলগা তহা-তহা পোৎ য়োল্লিবদু উবদা মহাক্কী নুপীনা হিপ্পা-হিপ্পা হংলকই —

"করিনো তৌরিদুবো ? কদায় চত্তোইনো ?"

"ভোৎ তৌরনি হায়রিসি তাদ্রো ?"

"ভোৎ তৌদৌরগা পোৎ য়োল্লিদুবু করিগীনো ?"

"খরা ঙন্না পার্টি হোংহৌগে তৌবনিদা।"

"হান্নগী পার্টিদুদি কৈদৌরবা ?"

মহাক্কী নুপীনা কোত্থরগা হংলকই।

রাজনীতিব্রালা অমগী নুপীনা অদুম্মা হংলকপদুদা নীপাদু শাউনীংবা পোকই। হায়রকই —

"নমা-নচাগী সনা য়াম্মা লেপশিন্নবা ঐ ভোৎ কাদবা য়াদেনে খঙলব্রা ? হান্নগী পার্টিসি বদনাম লৈরে। মসিদা লৈরবদি ঐ ভোৎ কাবা ঙম্লরোই। অদুনা অতোপ্পা পার্টি অমদা থুনা চোংশিনহৌদবা য়াদবনিনে ইবেম্মা !"

মহাক্কী নুপীনা থৌৱা ইশা-শাদনা হায়রকই —

"অদু ওইরগা ঙরাং-নহান্না মীনা চঙনদ্রিঙৈদা নঙনা হান্না ফৎ চঙহৌবা য়াদ্রো ?"

নীপাদু লময়ায়দা চপ লেপ্লগা কাঙ্খল মনুংদা নিঙায়দনা হিপ্লিবা মাগী নুপীদা মুন্না য়েংঙি।

ইম্ফাল

১২/১০/২০০১

# তেন্তক্সা শাংলপ

লৈকাইগী ক্লবনা শীনবা পব্লিক মীতিং অমা তৌগদৌরি।

খুরাঙাং অঙাংজাও লৈকাইদুগী মীনি। লৈবাক্কীসু মশক নাইবা মীশক্তি। লৈকাইদুদা পাঙথোকপা মীতিংদা খুরাঙাংবু ৱা ঙাঙহন্দবা হায়বসি লৈবাক্তা করি-করা ঙাঙনখিবা য়াই। ঙাঙহল্লুরে, মাগী লোইবা নাইররোইদবা ভাষণদুগী খল্লুবদা অকিবা পোকই।

ৱাফম অসি মীতিংগী এজেন্দাদগী হেন্না লুবা ৱা ওইনা লৌনৈ।

লৈকাইগীসু অহন্নি, লৈবাক্কসু শকখঙ-মায়খঙবা। ফজদে হায়দুনা ঙাঙহনবদা লেপ্লে। মশাদা হান্না য়াম্না তেন্না ঙাঙবিয়ু হায়সি হায়না লেপ্লে।

মাঙজৌননা হায়বদুগী মথক্তা মীতিংদুবু কন্দক্ত তৌরিবা নহাদুনা 'খুরাঙাংনা তেন্তক্সা ঙাঙবিগনি' হায়না মীয়াম মমাঙদা লাউথোকই। খুরাঙাং মহাক্তা ঙাঙগে খন্দুনা লাকপদু চিথবা য়াদে, মতাং চানা অনৌ-অনৌবা ৱা হাপচিনবা মাগী হৈনবীনি। তারিবা ভাবোক ৱানা খাঙঙি। সভাপতি থোকচাউ হকাম ৱা-ৱা চল্লি।

মথংগী নুমিৎকী পাউচেদা মীতিংদুগী পাউ হাপ্লকপদা মরক্তা ৱাহৈ-পরেং অমা অসুম্না য়াওরম্মি -

" ... মীতিং অদুদা লৈবাক্কী শক্লাইরবা পণ্ডিত খুরাঙাং অঙাংজাউসু তেন্তক্সা শাংলপ্পা ভাষণ অমা পীখি। ..."

ইম্ফাল

২৪/১০/২০০১

# তুংগী য়ূম্বীরেন

নারু হৌগৎলকপগী মশানগা খরা শোনবগা কুইনগা থৌরুদবগা সাইকল থৌবদু মঙোন্দা খরা ৱানা থোক্লে। লম্বীদা মথোৎ কারক্লবা নীপামচা- নুপীমচাশিং খরা মাগী- মাগী শাদোংগা লোয়ননা লম্বেন ময়ায় ফাওবা লেপশিল্লগা য়া-য়া মী অমা লাকই হায়বা ফাওবা খঙদবগুম করিমতা থৌশা-ৱাশাদনা ৱারী-ৱাতাই তৌদুনা নোক-খেরিবা, মহাক্লা মন্দিলা খীংলবা ফাওবদা থৈরগা চৎচৌ মতাগুম হন্দোকপিদবা, মাঙলোমদগীনা ট্রক-গাড়ী অচৌবা অমা থৌজিল্লক্লিবা অদুদা মহাক হুমাং কাংঙি, শাউসু শাউনীংঙি। মহাক্কী মায়থোঙদু উবদা করিমতা হায়দ্রবসু অতোপ্পা সাইকল অমা থৌদুনা চৎমিন্নরিবা মরুপ্তু মহাক শাউনীংঙে হায়বা খঙঙি। ৱাদি অমতা ঙাঙনদে। মখোয় অনী থবক অমা চৎমিন্নরিবনি।

পঙথাপ থাপ্লবু চৎত্রি। মহাক্কী ওয়রোমদগী মোটোর-বাইক অমা য়ং লাউনা হাইগৎখি। মখোয় অহুম তোংঙি । ৱা লাউনসু নোকখি । অস্বাইদা ময়াম লেপহৌবদুদা য়াওবা ঙাক্তনি। মহাক শ্বাই লাউই, লুতোন শেৎ কায়। তুরবোই নীংঙি, তুবমক্তি তুহৌদে। মচীন্দগী ফৎ হায়দোকখি —

"লমশি শিগদবা নপা থোরাই মচাশিংসে!"

চৎমিন্নরিবা মরুপ্তুনা মোং হাদনা হায়রকই —

" চৈবিরুনু বোন্ধু, মখোয়সিনি জাতিসিগী তুংগী য়ূম্বীরেন!"

ইম্ফাল

৩১/১০/২০০১

# শেনজা-থুমজা

নুমিৎ কয়ানিসি তৃস্ফম-চাফম খঙলক্রবনি। অহিং অথেঙবদুদা থোঙদা তক-তক থীল্লকপদুদা অফিং-অফাই ওইনা খঙহায় হায়দোকখি —

"কনানো ?"

"ঐ হল্লক্লে, থোঙ্ হাংদোকও ।"

মপান্দগী অতপ্পা খোনজেন্দা হায়রকপনি। খোনজেন্দু খঙবনা খুদক্তা থোঙ হাংদোকই। মশক্তু হেক উবদা হিক-হিক কপই। মচাশিংসু মিৎকপ থোক্লকই। মমাগা মপাগদা তঙক-তঙক য়েংঙি।

কদোমদগী পাউ তাবনো খঙদে, নোং ঙানবগা পাউমীশিং থুংলৈ। হংঙি —

"সারবু মখোয়না করিগী ফারুবনো ?"

"ঐগী ইরানগীদমক।"

মহাক্লা খুম্বনি।

"সারনা করম্বা ইরান লঙশিল্লুরবা ?"

"ওফিসার অমা ওইনা ঐনা শেনজা-থুমজা তৌরুবা অদুমক ঐগী অচৌবা ইরান্নি।"

"করম তৌনরগা থাদোরকপগে ?"

"অদুম খঙবিরো, ঐ মদুগী পাউখুম ইচীনসিনদি পীজররোই।"

পাউমীশিং চৎখিবদা মঙায়রি। পুলিস কন্সতেবল অমা লাক্লগা চে অমা পীরে। চেদুদা হায়রিবা মরোন্দি— মহাক ফারুবদুগী মতাংদা মশাগী জবান পীননবা এস. পী. গী ওফিসতা লাকউ, সিনি।

ইম্ফাল

৮/১১/২০০১

# পেম্মা সুৎ-সুৎ

মহাক্কী নুপীনা শাউরংনগুম করিগুম মচা অপিকপদুমা পম্মগা মখোঙ লাওনা-লাওনা কান্দুনা কোম্থোঙলোমদগী চঙলকপদু উবদা মোধু হাইফেৎ ঙকই। ঙসায়দি য়াম্মা মোন্দা নুংঙাইনা চৎখিবনি। অসুক থুনা হল্লক্লিবদুনা মহাকপু হেন্না ঙকহল্লি। মহাক্তি চাক তোকপদবু ঙায়রি। মহাক্কী নুপীনা সূমাঙ য়ৌরকপদা হংলুই —

"য়াম্মা থুনা হল্লকইনা ?"

মাগী নুপী খুন্নমদে। ইমুংদা চঙখি। মফি-মরোন হোংদোক্লগা মপান্দা থোরকই। মতোমতা হায়রকই —

"মতুং-মনাউদি ঐ সুকচৎ চৎলরোই।"

"কৈদৌরগে অদু শাউরিদুবো ?"

মানা তপ্না হংবনি।

"কয়াদি কুইরে ঐনা হায়রিবা । হাকুমসু নোংমৈ মহায়। হন্দকসু নোংমৈ। ঐ চাক্কা চারক্ত্রবনি।"

"ঙাইখোনে, নঙনা শাউরিবদুবু ইকাইদ্রাও ? দক্ষিনাবু অতম্না থৌরিবা করিগীনো ? অপীবা অমদা হেক্তা পেন্থোক্কদবনি। নঙগী মতৌসিদি ঐ য়াওনা চোপ্পেকো।"

"করিগী চোপ্পা ! কুম অমগী হৌনবীনি। ইবুংনি হায়বগী ঐনা পামজবা অদু পীয়ু হায়বনি। মানা লৈরিবা ইংখোনসে ঐগী শরুকসু য়াওরিবনি।"

"ঐদি নিঙোন্না নিঙোন-চাক্কৌবদা অতম্না পোৎ অদু তৌ, অদা তৌ হায়বসি য়াম্না ইকাইকো। ইবাইসু পীনীংদবদি ওইরম্মোইদা। নঙনদি পোত্তু অচৌবা অমা হেক হায়জিল্লে। খুদোংচাদদুনা তৌবা ওইরম্লি।"

"ষ্ট্রাইক তৌবদগী তলব ফংদ্রে, খুদোং চাদ্রে, সিনি।"

"চুমদ্রদো ইবাইনা হায়বদো। নবুংদা শাউরুনু পেম্মা ! নঙনা শাউগে হায়রগা ষ্ট্রাইক তৌদুনা তলব ফংহন্দ্রিবা কাঙবুদুদা শাউ। ঐখোয়সু তলব ফংদদুনা ৱারিবসিনি।"

মহাক্কী নুপীবু থেমজিনবোই-করিওই মোধুনা হায়বনি। অদুবু ফবদি হায়রুনু, মাগী নুপী ফ্রুং শাউগৎলকই —

"অদু-অদা খঙদে। ঐ ইপামদা শুকচৎ চৎলরোইদবনি। মখোয়গা মরী তৎনরবনি। ইমাগা বাবাগা লৈরম্লবদবু অসুম্না তৌগদ্রা ?"

অদুদগীদি সুৎ-সুৎ তৌরকই। মোধু ৱা মখা তাদ্রে।

ইম্ফাল

১৭/১১/২০০১

নিঙোন চাক্কৌবা নুমিৎ

# অরোইবা বন্দ

করিগুম্বা হীরম অমা নৎত্রগা অমগীদমক পেন্দবা ফোঙদোকপগী অয়ৌবী ঙমখৈদি বন্দ তৌবনি। মসি মীয়াম্না য়ানরবা ব্রাফম্নি। বন্দনা শোকহল্লবা, শাথীবা চৈথেং ফংলবা মীওই কয়া অমা লৈ। মখোয় চৈথেং অসি খাঙবা তাই। মীওই খরগী পেন্দবদা মখোয়সু অব্রাবা খাঙদুনা মতেং পাংবা তাই।

বন্দ অসিনা অসুম তোয়শিল্লক্লবদি চৈথেং ফংলিবশিং অসিগী পুক্সিদা অব্রাবা কয়া লাকই। মদুদগী মখোয়দসু পেন্দবা অমা পোক্লকই। পেনবু পেন্দ্ররদি 'বন্দ' মীয়াম্না খঙনরবা, য়ানরবা ব্রাফম্নি। বন্দগী চৈথেংনা শাথীনা পেন্দবা পোকহল্লবশিংনা পূনশিল্লগা লুপ অমা শেম্মি। লুপ অসিনা খনবমখৈ খন্নরগা লমদম অসিগী ওইনা অরোইবা বন্দ কৌরকই —

"লমদম অসিদা তোয়না থোকপা 'বন্দ' না শাথীনা শোকহল্লবা মীচমশিংনা পূনশিল্লগা শেমজবা লুপ অসিনা বন্দগী মায়য়োক্তা পেন্দবা ফোঙদোক্নুনা বন্দ অমা কৌজরি। পেন্দবগী বন্দ কৌবীনীংবা কনাগুম্বা মীওই নৎত্রগা লুপ লৈরবসু হন্দক ঐখোয়না কৌজরিবা বন্দ অসিদা য়াওবিহৌ। হেক পেন্দ্রিবফাওবা তৌগদবা মতম কক্তনা কৌজবা বন্দনি। লমদম অসিগী মীয়াম্না মোৎ অমত্তা ওইনা বন্দ খীরে হায়রবা মতমদুদা বন্দ অসি তোকচগনি। মদুগী মতুংদগীদি কনামতনা বন্দ তৌবা য়াররোই। হন্দক্কী বন্দ অসি লমদমসিগী অরোইবা বন্দনি।"

কানচিপুর

২৭/১১/২০০১

# কেসেট দান্স

টী. ভী. মমাঙদা থাবা সোফাদা মমাগা মপাগদু নুংঙাইনা ফল্লি। মখোয়গী মচানুপী চহী তরুকমুক্তা শুরিবীদুনা মতমগী য়ক লাউবা মওংদা মমিৎ-মমায়কাদু য়েক-খোৎলগা মবুক উবা ফিজোন শেত্তুনা মিৎয়েংও-নায়েংও আর্ট-এক্টিংগা লোয়ননা রোমান্সকী য়ক লাউবা ঈশৈ অমগী তান্থা চানা জগোই শাবগী প্রোগ্রাম লাক্লিবদু মথৱায় তানা য়েংলি। মরক-মরক্তা মচানুপীগী মতৌদুদা মখোয় ৱা-ৱাসু নোক্লি।

মপুবোক হনুবদু তঙাইফদবা অমগী কাদুদা চঙলকই। লময়ায়দা চপ লেপ্লগা টী. ভী. গী স্ক্রিন্দা মশূনুপীনা জগোই শারিবা মতৌদু ঙহাক য়েংঙি। মচানীপাগা মমৌনুপীগনা মথৱায় তানা নোক্তুনা য়েংলিবদুদা অমুক য়েংঙি। থুনমক মচীন্দা মুরুম-মুরুম শোল্লগা কাদুদগী মপান্দা থোকখি।

"নুপী অমা ওইবগী কায়াৎ ফাওবা মপূং ফাজদ্রিবা ইশূ অসে মমা-মপাসিনা অঙাং ওইবগী নুংঙাইবফাও নীংথিনা মশক খণ্ড্রিঙৈসিদা ঙন্তানা লৈশাবী ফাহল্লেদো !"

মমাগা মপাগদি করিসু খল্লুবা তৌদে। মপা অহন্দুনা মুরুম-মুরুম শোনখিবদুসু তাহৌদে। মখোয়দি মচানুপীগী মতৌদুদা মথৱায় তানা নোকচরি।

ইম্ফাল

৪/১২/২০০১

# সী. এম. গী মপা

আশা অমগা লোয়ননা মপানা মচানীপাবু মী অমা ওইনবা শেন্নকপনি। মচানীপাবু শেন্নকপা মতমদা মপাগী মমিত্তা পৃথিবীগী শক্লাইরবা অচৌ-অচৌবা মীওইশিং কয়া মমিত্তা উথি। ঙসি মহাক্কী মচানীপা মশক নাইবা মী অমা ওইরে, অদুবু মহাক্কী পেনজবা অমদি আশা অদুদি ওইদ্রে। রাজনীতিদা হেক চঙখিবদগী মচানীপাগী লমচৎ-শাজৎ, ৱাখন পূমহোং হোংখ্রে। চহী কয়া মন্ত্রী ওইরবা মচানীপানা তৌথোরকপা থবক-থৌরমদা মপানা ইপেন পেনজদে। মহাক্লা য়াম্নমক হেক পামজদ্রিবসি লৈবাক্কী লুচিংবনি হায়দুনা লৈবশিংনা ঙহাক লৈতনা মচু ওনবসিনি। মহাক্লা পামজদবসিমক মচানীপানা তোয়না তৌরি। লম অসিদদি মচানীপাসি থোইদোক্লবু কা-হেন্না হৈ-শিংঙি।

ভোৎ ময়া নকশিল্লকপদা মহাক্কী মচানীপা অনৌবা পার্টি অমগী লুচিংবা ওইনা চোংথোরক্লি। মহাক্কী পামজদবা-পেন্দবদু মচানীপাদা ফোঙদোক্লুই। মচানীপানা ইরায় লায়না খুমদোরকই —

"ঐনা তৌরিবসি বাবানা খঙঙোই। ঐনা পাল্লিবসি লৈবাক অসিগী লুচিংবা মকোক ওইবদুনি। হৌজিক্তা লুচিংবা মকোক হায়বসি সী. এম. ওইবনি। অতৈ পার্টিশিং অসিদদি ঐগুম্বসি য়াম্না লৈখ্রে, অদুগা পার্টিশিং অসি বদনামসু লৈরে। ঐগী অনৌবা পার্টি অসিনা লুচিংদুনা করিগুম্বা সরকার শেম্বা ঙম্লবদি ঐনা সী. এম. ওইবা শোয়দ্রবনি। বাবাবু মন্ত্রীগী মপা হায়বদুদগী সী. এম. গী মপা হায়বদুনা হেন্না পামদ্রনে ?"

মচানীপা আশাজাউগী মঙলান্দুনা মপা করি খুমদগে, খুমফম খঙদে। মহাকসু মঙ মঙবা হৌরকই — সী. এম. গী মপা !

কানচিপুর

১৩/১২/২০০১

## খ্বাইদগী মতিক চাবা

"ইবুংঙো রোতোন, নঙবু কৈদৌরি ? ইপু ব্রা অমা হায়গে লাকপনি।"

রতনমণিনা হোরেন কলেজদা ছাত্রশিংদা তাকপিরুনবা লাইরিক পাদুনা লৈরিঙৈদা ইপু অহনজাওনা লাক্লগা হায়রবনি। মখা তাথরকই —

"লমদম অসিগী চাওখৎ-থৌরাঙগীদমক লুপ অমা শেম্বনি হায়দুনা তৌরিবসি নহাক্না সেক্রেটরী ওইদুনা পুদ্রবদি মওং অমা তাররোই। নঙ নথৌ য়াম্না চিল্লি হায়বা ঐখোয় খ্বাইনা খঙঙি। অদুবু লমদম অসিদা লাইরিক-লাইশু হৈবা, খ্বাইদগী মতিক চাবা হায়বদুদি নঙনা থোকইদো। নঙনা খরা হোৎনদ্রবদি কনানা হোৎনবিনি। লৈবাক্কী, লমগী সেবা তৌবদা অব্রা-অনা, অচিন-অকোম থিবা য়াদে। লমদম অসিগী মীয়াম্না য়াদুনা নঙনা ওইবনা খ্বাইদগী মতিক চায় খন্দুনা হায়রিবনি। য়াদ-লাক্তবকা য়াদেকো।"

লমদুগী চাওখৎ-থৌরাঙ লুপকী সেক্রেটরী ওইবা চহীবু ফাবাৎত্রি। মরক্কী মীখন্ লাকই। রতনমণি এম এল এ ওইনবা ভোৎ লেপকনি থৌরাঙ তৌখৎলকই। ভোৎ লেপ্পগী ব্রাদু তাবদা নোংমা ইপু অহনজাউনা লাক্তুনা হংলবদা মহাক্না অসুম্না খুল্লকই —

"পুপু ! লমদমসিগী মীয়াম্না ঐবু খ্বাইদগী মতিক চাবা মীনি হায়, মীয়াম্নসু য়াই হায়না পুপুনা তাকপিবদুদা তানজাসি নাঙ্গ্লেকহনখিবা য়াদে খনজদুনা নশূ ভোৎ লেপকে হায়না তৌজবনি।"

অহনজাউ ব্রা মখা করি তাগদগে, তাফম খঙদে।

ইম্ফাল

২০/১২/২০০১

# অফবা মহৈশঙ

মমা লুখ্রাবীগী অমতা পোকচবা মচানীপা তোনাদু হন্দক্তি উচিন নাচিন্না মেট্রিক পাস তৌরে। পরীক্ষা হায়দোক্ত্রিঙৈদা মচানীপানা তোয়না হায়খি —

"ইমা, হন্দক ঐখোয়না পরীক্ষা থারিবা স্কুলদু য়াম্না ফৈ। হন্দক্তি ঐ শুকশোয় শোয়দনা পাস তৌরক্কনি।"

মচানীপানা হায়বদুমক চপচানা থোক্লে। পাস তৌরক্লে। মমানা খনজৈ —

"নহানমখৈ ইচানা পাস তৌদ্রিবসিদি স্কুল ফত্তদুনা তৌবনিদনা।"

মতুংদা মচা ফেল ওইদনবা অফবা মহৈশঙদা তমহন্নীংঙি। মীনা ফৈ হায়নবা মহৈশঙ অমদগী মিংজন-ফোর্ম লৌহল্লুই। মিং চনবা মতমদা ছাত্রগী গার্জিয়ান য়াওদবা য়াদে হায়বদগী মচানীপাগা লোয়ননা মমাসু চৎলি। মমানা মহৈশঙগী ওজা মকোক্তা মথৱায় তানা হংজৈ —

"ওজাবু, ওজাখোয়গী লাইরিক তস্ফমসি ফৈ হায়নরিসি চুম্মিকো ? ইচানা পরীক্ষা থাবদা অপন-অরাক থোক্লোইকো ? ইচা শোয়দনা পাস তৌনিকো ?"

ওজা মকোক্কুনা তোনাগী মমাদা হনগৎনা য়েংখৎলি। করি পাউখুম পীগনি, খনফম থোক্তে।

ইম্ফাল

২৪/১২/২০০১

# শেল্লেপ য়াওদবা কারবার

লাইরিক্তি হৈজিল্লুরে, থবক্তি ফংদে। ময়ুম পানশিল্লুরে, শেঙ্গোক্তি লৈতে। থোকচাউ বাবু ওঙ্গোক্লা অৱাবা অমা ওইরে। মতম পুম্নমক্তা ৱাখন্দা উংদুনা লৈ। শেঙ্গোক-লশ্বী ওইবা করি থবক তৌসিগে হায়দুনা খল্লিবসি জাৎ শুরে। শেল্লেপ য়াওদবনিনা করিমতা য়াদে। হৌজিক মহাক্লা পাল্লিবসি শেল্লেপ য়াওদনা তৌবা য়াবা থবক্নি।

মমঙদা করিবু উবনো খঙদে। নোংমদি নোংবু ঙানফাৎত্রিঙৈদা মহাক্কী নুপীবু হৌদোক্লদুনা হায়রকই —

"থোপীলৈমা, ৱারুরনুহে। কোম্না শেন ফংগদবা থবক অমা লৈরে।"

মমিৎ ফাক্লি-ফাক্লি মহাক্কী নুপীনা করি থবক্লো হংজে। থোকচাউ বাবুনা খুম্মি —

"য়েংদ য়েংঙু, ঙসি-হয়েংসিদা নমীত্তুনা শঙ-শঙ উবা ফংলনি।"

নুমিৎ নীনিগী মতুংদা থোকচাউ বাবুনা খবর পুরক্তুনা মহাক্কী নুপীদা য়েংহল্লি। খবরদা ইরি —

ভোট লেপ্পীংবশিংবু তরাম্না ওক্লি

লাক্লিবা মীখন অসিদা ভোৎ লেপ্পীংবা, অতৈ পার্টিশিংদা তিকেৎ তান্নরুবদা তিকেৎ ফংদদুনা নীংবা কায়রবশিংবু লমদম অসিগীদমক খন্দুনা লিংখৎখিবা এম এম পী পী (মীওক-মীচান ফবা পার্টি) না তরাম্না ওক্লি। লুপা লিশীং য়াঙখৈ পীদুনা পার্টিগী মেম্বর ওইবিয়ু। হন্দক্কী মীখন অসিদা ভোৎ লেপ্পগী খুদোংচাবা ফংনবা পার্টিগী তিকেৎ শোয়দনা পীগনি। পার্টিগী তিকেৎ পীবদা হান্না লাকপা, অতৈ পার্টিদা তিকেৎ তান্নরুবদা ফংদদুনা নীংবা কায়রবশিংদা খুদোংচাবা পীগনি। মীখন্দা পার্টিগী মীরেপ্পু পার্টিনা মপূং ফানা শৌগৎকনি।

থোকচাউ বাবু
পার্টি প্রসিদেন্ট, এম এম পী পী
থোক লৈকাই।

মহাক্কী নুপীনা খবর য়েংলিঙৈ তাল্লক্তুদা মখোয়গী কোঙ্গোঙ মপাদা জীপ অমা খামলৈ। মী মরি-মঙা জীপ্তুগী কূমথরগা মখোয়গীদা চঙলকপা উই। মমাঙ থারকপদু নেতা মাল্লি।

থোকচাউ বাবু মোমোন নোক্লা মখোয়দা য়েংঙি। তানজাদুদা অতোপ্পা গাড়ী অমা-অনীসু মখোয়গী কোঙ্গোঙ মপাদা খাৱবা উই।

ইম্ফাল
৩০/১২/২০০১

## আই এস কাঙ্জমগী ফোঙলবা লাইরিকশিং —

### মণিপুরীদা

একাঙ্কী ঃ ❖ বিদায় (১৯৬৭)
❖ তাঙ্কক অমগী লীলা (১৯৭৫)
❖ শক্তম মরি (১৯৮০)

নাটক ঃ ❖ য়ু লিক্লী (১৯৬৭)
❖ প্রাপ্তি-অস্তি (১৯৬৮)
❖ খোঙথাং অমতদা (১৯৭১)
❖ মোংয়াম্বা (১৯৭১)
❖ ডাকূ কুঁৱর সাগর সিংহ (১৯৭২)

উপন্যাস ঃ ❖ চিত্রকার (১৯৭২)

ৱারীমচা ঃ ❖ করিগী (১৯৭৭)
❖ কেকু লোৎপী (১৯৯৯)

অঙাংগী সাহিত্য ঃ ❖ নয়াম্বগী খুদোন (১৯৮১)

লোন-নৈনবা ঃ ❖ লোনগী ৱারেং (১৯৭৭)

ৱারী পিকক্র ঃ ❖ ৱারী পিকক্র (১৯৯৩)
❖ কুমহৈ-কুমহৈ (২০০০)
❖ লায়না চেল্লবা খুন্নাই (২০০৩)

শৈরেং ঃ ❖ নোংমতগী পুন্সি (১৯৭০)
❖ লৈরাং লৈচন (১৯৭২)
❖ বলিগী শা ১৯৯৬ (১৯৯৬)

হন্দোকপা ঃ ❖ মহাক্কী ৱারেপ অমসুং অতৈ ৱারীমচাশিং (১৯৯৬)
❖ তমস (উপন্যাস, ১৯৯৮)
❖ নাগার্জুনগী শৈরেংশিং (২০০৩)

### হিন্দীদা

লোন-নৈনবা ঃ ❖ হিন্দী মণিপুরী ক্রিয়া-সংরচনা (১৯৮৯)

শৈরেং ঃ ❖ মীতৈ চনু (হন্দোকপা, ১৯৮৭)
❖ ফাগুণ কী ধূল (হন্দোকপা, ১৯৯০)
❖ আধুনিক মণিপুরী কবিতাএঁ (হন্দোকপা, ১৯৮৯)
❖ তীর্থ যাত্রা (হন্দোকপা, ১৯৯৬)

ৱারীমচা ঃ ❖ প্রতিনিধি মণিপুরী কহানিয়াঁ (হন্দোকপা, ১৯৯৪)
❖ ভারতীয় শিখর কথাকোশ ঃ মণিপুরী কহানিয়াঁ (হন্দোকপা, ১৯৯৭)



**আই এস কাঙুজম**

পোকপা : খুৎ-[illegible]
[illegible]

মপুং ফাবা মিং : ডা. [illegible]

শিনফম : মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়গী [illegible]

সাহিত্যগী পোৎথোক : মণিপুরীদা লাইরিক কুমীথোই
হিন্দীদা লাইরিক তরেৎ।

মনা-মথুম : (১) সেন্ট্রেল হিন্দী ডাইরেক্টোরেট, ভারত সরকারনা ১৯৯০-৯১ দা হিন্দীনা মমারোন নত্তবশিংনা হিন্দীদা ইবগী মনা "আধুনিক মণিপুরী কবিতাএঁ" দা।
(২) ১৯৯৮ দা সাহিত্য অকাদেমি, নঈ দিল্লীগী অনুবাদকী মনা "মহাক্কী ব্রারেপ অমসুং অতৈ ব্রারীমচাশিং" দা।
(৩) ১৯৯৯ দা নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফালনা পীবা তেলেম ইন্দুবালা মনা "তীর্থ যাত্রা" গী হিন্দী অনুবাদতা।
(৪) মণিপুর ষ্টেট কলা অকাদেমিগী সাহিত্যগী মনা, ১৯৯৯ গী ওইনা "কেকু লোৎপী" দা।

লৈফম : নাওরেমথোং লৌক্রাকপম লৈকাই,
শগোলবন্দ রোড, ইম্ফাল,
পিন - ৭৯৫০০১, মণিপুর।
ফোন : ২৪১০৬৬০